# পুক্নিং ঈথিল

ভাইবং পুজিগী খোংচত্তা অশেংবা অচুম্বগী কনবা থিদবা ভাবনা তারবদি তুপ্পগী বা ভাংবেতনা মরু মত্তে, চয়েৎনবা লগী অসিদা অশেংবা হোৎনজুনা থৌরাংতবনা মরুনি। মরম অসিনা খ্রাকন অসি পাংথোকপগীদমক্তদি ইশাগী অশেংবা গুণ শক্তি লোৎপা লৈতনা হায়বদি থম্মোই শেংনা অতৈং-অরম লৈতনা হোৎনব-তনা থৌরাংতবা পাৎথ ওই। মত্তৌ অসুম্না অশেংবা চুংশিবা অমদি অশেংবা থৌমানা মাংওইনজবা অশেং-অশেংনা থৌরাং-তবা লিচৎ চেনপদবনি। অসিনা তশেংনা সুংগাইবা কংবা অমদি অশেনবা, কংবগী মশক ওইরবা পুজিগী অশেংবা অথোইবা পান্দবনি। হায়রিবা পুজিগী অশেংবা খুদোল অসি লৈশঙ্গে থমনা পুথোকচনবা হোৎনবৈ অমদি অসিবু মোল্লকপনা মাংওই-নজুনা অশেংবা থম্মোইগী শেম্পাকথক্তা চাপত্তুনা পুমথকী মকমদা লান্থোকচবি। অপোম্ব অচাব পুস্তক থাকপিগনি। লৈশেং হৈকুনা শাবা লাইরিক মচা অসি কোংদোকপদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শেলগী মতেং পীখি। অসিগীদমক্তা ঐনা থম্মোই শেংনা থৌরিমন্দ থংবা উচ্ছি অমমুং থাগৎচরি।

হজারিমযুম গোকুলানন্দ শর্ম্মা
মন্ত্রী (প্রধানাচার্য্য)
বাংলৈ রাষ্ট্রভাষা মহাবিদ্যালয়
ইম্ফাল, মণিপুর।

ইম্ফাল,
তাং ৪।৬।৮২

# লৈচল হুম্ফু

# লৈচন হুমফু

## ঈশ্বর

ঈশ্বর ! নখোঁজাল নত্তনা ঐগী পাঙ্গল লৈতদেঃ
তাইবংসিদা খোঙ্হোক অমত্তগু হায়জবা ঐনা ঙমদে।
অচৎ-চত্তা থবক খুদিং পাংথোক-পাম্বৈ য়াওদে।
তাইবং নাপল থাদোক্তুনা চংশিনবগী ইতিক লৈতদে।

কান্নজবা তাইবং লাংসিদগী নাঙ্হোকর্বিয়ু নংনা ঐবু।
বিশ্ব-শান্তি থম্নবগী শিন্নবিয়ু, অশেংবা শক্তি ঐবু।
নংবু কাওজদবা খোঁজাল নংনা পীনবিয়ু ঐবু।
পূন্নমক্কী অশেংবা লন পীনবিয়ু নংনা ঐবু।
ঈয়াংগী ঈয়োম্নুংদগী কংলসনু অশেংবা লন পুম্বনা।
মশাগী অশেংবা শক্তি তশেংনা পুথোকসনু মখোয়না।
কৈদৌঙৈদা মখোঁ থাদোক্তবগী তাঞ্জা কংলসনু খুদিংনা।
খুদোংথিবা ঊরগা চংশিন্নসনু খোইনা হৈনিংমা মখোয়না।

করি হায়গনি হায়রোইগী য়াওদে পজল ঐতোন্দা।
নকমদা শেংনা চংজবগী লৈতদে ইত্তিক ঐতোন্দ।
করি পুরক্কনি পুরকলোই থৌনাম্নু য়াওজদে ঐতোন্দা।
মিত্তগী শিন্থবা পিরাংসু য়াওবা নত্তে ঐতোন্দা।

অপাম্বগী নোংলৈ-নুংশিৎ তরেম্বনি নপোঁজাল য়াওদনা।
অতৎ-থথম নাইদনা হোৎনবসু কান্নদে নং নত্তনা।
নংতনা চাথিরবদি তাইবংদা পুম্নমক য়াইফরে তশেংনা।
তশেংবা ভক্তি লৈব্রাং নথুয়াথংদা কৎচরি ননাইনা।

# রাষ্ট্রভাষা

হে রাষ্ট্রভাষা ! নতিক-নয়াইদা শেংনা পোংজরি।
নংগী অশেংবা সেবাদা, পুন্সি ঐগী কৎচরি।
ইথৌ শেংনা পুক্নিং চৎবদা, মুংঙাইবা কাওজরি।
নংগী শেংনা চাওখৎপদা রাষ্ট্রগী চাওখৎপা ওইরি।

পামেক মউনা অচুকী মতিং লৈনা করিবা ;
মশা-মরেং মনাম্ন ওইরিবনি কজবা নিংথিবা।
শিন্থৃংনা শিজিন্নরিবা নংগী য়াম্না অচুক শন্দোকলিবা ;
রাষ্ট্র, লেমজবা ওই, কজবা কান্নবা হেল্লিবা।

অমমম ওইবা লৈনাশিংনা অমত্তগী মওং উৎলি।
নথল-মথেল মশক-মচুশিংনা রাষ্ট্র মশক তাকলি।
তত্তনা ইথৌ তৌবনা পুন্সিদা থোইনা চংখেন্নল্লি।
রাষ্ট্রগী অশেংবা লেমজবনা কজবা কান্নবা হেল্লি।

থম্বাল লৈনা খুদিং তোঙান তোঙান পাল্লি।
মখোয়না অমত্তা ওইবা কজবা মওং উৎলি।
ইশাবু শেংনা থাজবনা পুন্সি মহৈ য়াল্লি।
নংগী অশেংবা ফিজম্ন বিশ্বগী য়াইকবা লাক্লি।

রাষ্ট্রগী অশেংবা য়াইকবদা ইশাগী শরুক য়াওরি।
লৈরাংগী লৈনাশিংনা লৈরাংগী কজবদা শরুক য়ারি।
শেংলকা রাষ্ট্রগী মন্দিরদা স্বার্থ-শূরুং করিগী তৌরি ?
নংগী অশেংবা সেবাদা পুকচেল মাংবদি শোইরি।

# নিপাথোকপা কনানো ?

মরুপ !   কান্নদবা নাপলগী, লাংতুন্দা থুন্নগা,
অশেংবা পুন্সিগী পামেলগী মরূ ফুন্নগা ;
কংঙমত্রবা তাইবং মপোক নংনা মাংহন্নগা,
করি থবক পাংথোক্লি অসিদা লাক্লগা ?

করিগী লোংলি নংনা অশেংবা মতিক ?
করিগী মাংহল্লি পুন্সিগী অথোইবা লৌবুক ?
করিগী লৈহন্দে, তাইবংদা কংঙমত্রবা চাথোক ?
করিগী লৌত্রি, নশাগী অশেংবা শরুক ?

করাম্বা, অশাওবা, অপাম্বগী অকম্বা মোংলৈবু,
লাকশিল্লবদি থুডুমদা নংনা তাশংনা নশাবু ;
ওমদনি জয় তৌবা করিগী বিশ্ববু ?
করিগী উংলি তাইবংদা নশাগী অতম্বু ?

অশেংবা পুক্নিংদগী হৌরকপা তত্তবা ঈথিল্লা
থাদোকপগী তাইবং-ঈরাং অকম্বা শাফুনা
পাংথোক্লবগী থবক চোকথদবা মুংশি লিচিংনা,
পাংথোকপা ওমই, মরুম অসিদা লাইনা।

মীওইবদা নিপাথোকপা গুণ থাংপা নত্তে।
মাংদা শেংনা চংশিল্লগা য়োয়্নোইদবা লৈতে।
পুন্সিদা ঈথৌ পাংবগী মচাক থাত্তে।
অথোইবা শক্তি ইশাদা য়াওদবা নত্তে।

# কর্ম্ম বীর

কর্ম্ম বীর। চয়েৎনবা পুন্সি-খোংচৎকী অযাবা লম্বীদা,
চংশিল্লি থোইনা হৈনিংনা অমুকন্থু নংনা পুক্নিংদা।
নশাবু শেংনা থাজনা হোৎনরি চংশিন্দুনা নথৌদা।
শেংনা চেকশিল্লি, তাকলি নংগী থবক্না তাইবংদা।

তশেংনা হৈনিংবগী ঈথিল্লা ইথৌ তৌরবদি পুন্সিদ',
ওইদবা লৈতে থবক চয়েৎনবা কয়াগী মথুংদা।
লাকলিবা অবা খুদোংথিবশিং কৎতবা নৎতে ইশাদা।
য়াইফ পাওজেল অমৃতনি, শোইদনা য়োই পম্বুংদা।
ইশাবু শেংনা লাকশিল্লবদি ওইদবা লৈতে তাক্লি।
হেন্না হৈনিংনা চংশিন্বদা চিংনফম থোক্তে উংলি।
অশেংবা অচুম্বাগী মঙালনা তাইবং অমম্বা কোক্লি।
নংগী ফজবা ফিদম্না পুন্সি মঙাল লাক্লি।

নংনা লৈবা মফমদা থবক শোইদনা পাংই।
অশেংবা থৌনাগী মপান্না পুন্সি পামেল হোই।
চয়েংনবা তাইবং ঈয়োমুংদগী য়াইকবা মণি কংই।
অশেংবা বাখলগী মঙান্না হৈনিংবা ঈথিল লাক্কই।

অরাম-থৌরাং লৈত্রবা অশেংবা পুন্সি তাকলি।
নংগী ফজবা লিচৎকী তাইবংনা লমন তোললি।
মকত্রবা জ্ঞানগী মঙাল্দি চিন্তা লৈতনা কংলি
নংগী ফিদমগী তুংইন্বদি মশানা থবক পাংলি।

# ৱাশক চেৎপা

ৱাশক-চেৎপা ! নংগী নতিক-নয়াই পাংথৈ লৈতে ।
শেংনা মাংজিনথাবা খোংচৎকী, মতিক-চমথৈ লৈতে ।
নত্তেং লৌরিবদা তশেংনা ওইথোকতবা থবক লৈতে
থবক পাংনবা পাম্বৈ, শেংনা থিরবদা ৱাত্তে ।

তাইবংগী নোংলৈ-নুংশিৎনা, প্রলয় শক্তম লৌরিবা,
আশা লৈকোলগী পাম্বীশিং অসুম অসুম কংলবা ;
পুন্সিগী অমৃত পুন্নিদা, হূগী লাইজ থল্লবা,
নংগী ফিদম-লম্পাক্তা, অমাংবা লৈতে তশেংবা ।

অৱা-খুদোংথিবা কয়াদো, পুন্সিগী ফজবা শাম্নপোৎনি ।
ৱাশক-চেৎপগী কম্প্যাক্তা, চাওখৎ লোইপোৎ হাবনি ।
মীওইবদা য়াওরিবা শক্তিগী, ফজবা চাংয়েং তাঞ্জানি ।
ওমুকসু তৌকম থোকপা ইথোদা, হেন্না পুক্নিং চংগদবনি ।
কাইনবগী অকন্বা খোঙাওদো, তিন্নবগী থুম্নবা তাঞ্জানি
অশেংবা থৌনা য়াওদ্রবদি লম্‌চুবা পুন্সিগী শক্তমনি
মহৈ য়ানবা পুন্সিগী থৌদাংদা অথাংকম্বা অখোইবা পাম্বৈনি ।
নোংলৈ-নুংশিৎ লাক্লবদসু, নুমিৎতি লোংদনা লৈবনি ।

ৱাশক চেৎপা গুণগী ৱারীদি, পুন্সিদা পংথৈ লৈতে ।
ওইগ্রবা, ওইগদবা, ওইরিবা শক্তিশিংসে নত্তোন্দা ৱাত্তে ।
পংথৈ নাইদবা নুংঙাইবা তাবদা নিংজবা লৈতে ।
থবক্কী লম্বীদা নংগী ওইদবা কন্নিসু লৈতে ।

# শেংনা হায়জবা

ইভা ! করম্বা তাঙ্গাদা, নথৌ মশক থংলগা,
অশেংবা অমত্তগী লম্পাক্তা, ঈরাং ঈথিল থাদোক্লগা ;
লাকনি তাইবংদা কৈদৌঙৈ, অশেংবা বাখল থম্লগা ?
বিশ্বগী শান্তি ওইগনি অশেংবা লীলা শামম্লগা ?

ইঙাইথকী চেক্লানা ঙাইবগুম নোংদোল লাইজ ঙাইরিদো ।
ইপুন্সি নকমদা কৎলগা তাইবংগী অবা-অনা থাংলিদো ।
মাইকৈ পুম্বগী মীনোক চংলকই, ঐবু অঙাওবনি লৌরিদো
নংনা ভশেংনা পেম্বা, ঐনা তাল্লিবদি অচুত্তনিদো ?

ঈরাংগী ঈথিন্দা লুপ্লদি, অচুম্বা ওইবরা অশেংবা ?
নশাগী অশেংবা থৌনাবু, নংনা করিগী লোৎলিবা ?
অশেংবা শক্তি য়াওরগা তাইবংদা করিগী তাক্কবা ?
পুম্নমকী শেংনা চাওথৎপদা, নংগীস্থ য়াওরেনা তশেংবা ।

ওইজ-তাম্বগী থুরবা লৈরক্তা করিগী হঙ্গিনা চংলিবা ?
তাইবংবু নংনা কপহল্লি নংস্থ পিরাং শিঙ্কম্লিবা ।
কৈদৌঙৈ কাওবা চংথিনি, লম্বী মচি য়াওদবা
তাইবংগী খোংচৎসি করিনো, শেংনা করিগী থম্লবা

কামদে মুম্না থংলবদা, করিগী নিংঙাই তৌরি ?
অমনা অমবু মাইথিহনগে, অরেম্বদা করিগী শাম্নরি ?
নংগী তশেংনা অপেম্বা, পামজ্জনা ঐনা হায়জবি ।
কাওমজবা মপোকপু নংনা, অরেম্বদা মাংহন্দনবা চংজরি ।

# ইমা

ইমা ! ঐবু তাইবংদা, হুংশিনা পোকপিরগা,
নুশালি থৌজবা উপ্রিল, তশেংনা কোংদোল্লগা,
ঐখোয়গী নোমজমন তাম্বা লৈত্রগা,
মতম খুদিং কুম্বিরি, ঐবু নিংশিংলগা।

নিংখিবা তাইবং মপোক্তা, খুদোংচাবা অপুম্বা,
চংখোম্না কংজরি ঐনা, ইমাগী খোজাল অশেংবা।
পুম্নি চাওখৎ-থৌশিল, কংহরি নিংখিবা।
ইমা নংগী খোজাল্লগী, ওইরি থংজবা কজবা ।

নশাগী চিন্তা লৈতে, ঐবু শেম্বীরগা।
শুপ্নগী ঐগী চাপখৎপবু সুংচাইরি উরগা।
নপূক্লিংদা পেম্মি, ঐতোন্দা পুম্বা শীরগা।
নপুক্তি লেম্মি, ঐবু পান্দম লৌরগা।

কম্নি সেবা থৌপনি, জোম্বা নচানা ?
নংগী সেমা জৌজবা, শেংনা মতিকচানা,
পীনবীয়ু থম নিচ্ছি, থম্মোই শেংনা।
তোঞ্জয়গো লমন শিংবা, জলুগে ঐনা।

কংচরে ইপুম্নি নঙ্গোম্মো, উবিরিবা ঐশাসে।
নংগী সেবাদা লাম্বোংজচরে, থীরিরিবা পুম্নসে।
থবকী মতাংগা শক্তা, অশাপিন্ন হুৎলাংসে,
কংবী খোজাগী মচুলি, প্রেমসিনি ঙাকসে।

# করিগী মাংগনি ?

হুংশিবা ! অশেংবা পুন্সিগী, লৈরে লন নমাক্তা।
শেংনা নোঙ্খাগী মমন, নাইদে পুন্সিগী কম্পাক্তা।
অশেংবা থৌনা পুখোল্লবদা, থৌবাংবা লাকই ইথুত্তা।
তাইবং মৈরিনা চাকপদা, মাংদে পুন্সি লম্পাক্তা।

য়াইক-লম্বী থাদোক্লগা, ওইজবা থিবগী লৈরক্তা,
করিগী চংকনি মাংনবা, অবা নোংলৈ মরক্তা ?
নশাগী অতম্বা থাদোক্লগা, চংশিল্লবদা থৌবাংবগী পম্বক্তা,
করিগী লৈরোই নহাক্লা য়াইক-মুংডাই থুল্লকতা ?

পুন্সি থুদোংথিবাশিংনা, নকমদা য়াইক লোইপোং হাবনি।
শেংনা থৌবাংবা ভম্বনা, অথোইবা লন ফংবনি।
শেংনা মুপা থোকপনা, পুন্সি মহৈ য়াম্বনি।
অমুকন্সু হৈনিংনা চংশিন্বদা, পম্বুংদা শোইদনা য়োবনি।

শেংনা নোঙ্খাগী মকমদা, লনগৈ বাত্তনা লৈরিদো।
থবক পুংবগী থৌশিন্দা, থম্মোই শেংদবদি মাংইদো।
য়েক্লবগী লৈচিন ভাকপনি, অশেংবা লিচং চৎপদো।
শেংনা হোৎনবনা মরুনি, নশাবু শেংনা থাজোদো।

ফজবা তাইবং-পুন্সিদা, করিগী নিংবা কায়গনি ?
পাংথোক্লিং পাংথোকপা য়াবদা, করিগী লেম্না মাজনি ?
থম্মোইগী অশেংবা থাওমৈবু, বিশদা করিগী থান্সনি ?
অশেংব্রানা শোইজ্রে থংবদা, করিগী থৌনা লোৎকনি ?

## লাঙ্গংবা

হুংশিবা! বিশ্বগী, য়াইকবা, অশেংবা লম্বী চৎপদা,
শেংনা পুন্সিং চংবদি, অকিবা লৈতে নত্তোবদা।
মীকুপ থুদিং শাংলি, হৈরাং মহৈ য়াম্লিদা।
অশেংবা থোনাগী মতিকৃতি, য়াইকবা ওইরে পুন্সিদা।
তাইবংগী থম্মোই থুদিংনা, থাগৎনৈ শেংনা হোৎনবদা।
পংথৈ লৈতে কৈদোংদৈ, অশেংবা জ্ঞানগী মঙান্দা।
নিংবা কাঙ্গবনা কাম্নদে, তাইবং-য়াইফ-লাঙ্গংদা!
লাকচৈ অফ-কন্তা মশামক, অশেংবা অচুম্বা মফমদা।
অপম্বা করিস্থু লৈতেদা, অশেংবা পুন্সি লম্বীদা।
ওইদবা লৈতে থুদিংমক, থম্মোই শেংবাগী য়ুম্ফমদা।
ইশাবু কাওগদবা নত্তেদা, ইথৌ পাংনবা চংশিনদা।
মাংলমচত্তা ওইজ্রবা কয়া, মশানা ওইজে শেংলবদা।
অশেংবা অথৌবাগী থোংচত্তি, কনাদস্থু তাংদেদা।
থুদোংথিবা উরগা হেম্রহুম, চংশিন্নি অমুকস্থু বাংদা।
মহাকপু থাগৎনৈ তশেংনা, বিশ্বগী মফম থুদিংদা।
পুন্সিগী হুংতাইবা থুদিংসে, লৈবনি থবক পাংবদা।
হুংতাইনা শামন্নি নংনা, অশেংবা লীলা পুন্সিদা।
শেংনা লোম্নবদি পুন্সিদা, শোইদনা য়োই পাম্ব্রদা।
অশেংবা পুন্সিংগী থোংথাংদা, অশোইবা লৈতে তাইবংদা
অশেংবা থবকী ওইদি, মশানা লৈনৈ মফমদা।

# হৈনিংবা

হৈনিংবা! নিংবা কায়রদা, নংনা আশাগী থাওমৈনি।
অশিবা হকচাংবু হিংহন্বা, শিদয়াই উরি পান্বীনি।
অরাম-খোৗরাংবু কোকহন্বা, পুন্সিগী থল্লবা পুগৈনি।
নোংদম খিবাগী লৈবিয়ু, মুথৎপিবা নোংদম্বা নংনি।
পুন্সিগী লানথঙমন্নবা চিংজাওবু, লানহৌবী নংগী নতেংনা
লৈতে থরক লইখোক্তবা, নংবু কংলবদা তশেংনা।
চয়েংনবা তাইবং লম্বীদা, অখোইবনি থবক পাংবনা।
কংথমন্নবা শক্তি লৈরি, মকম থুংদংদা তুংহনা।

মাপলগী শান্নকুনা মাংবনি, পুন্সি হুম্বী নিংথিবা।
অশেংবা জ্ঞানগী মঙালদি, কংই থংমোইনা অশেংবা।
অশেংবা যুংশিবাগী লম্বীদা, য়েংনবা লৈতে তশেংবা।
শেংদবদা য়াওবা অশেংবা, খিরগা লৌগনি অচুম্বা।
নংগী অশেংবা মোঙচংদা, থবক লৈতে ওইরবা।
তুমিংকী মঙাল লাক্নবদা, অময়া মাংই তশেংবা।
অশেংবা শক্তিদি মাংদে, থুংশেমগী শক্তিনি মাংথবা।
শেংনা হোঙনবা থক্কুতা, ওইরবা লৈতে তশেংবা।
অশেংবা লম্বী লৌনা, শান্তি লৈতে চাইরংদা।
ঈশ্বরগী অশেংবা লাইনিংদি, খেন্নবা লৈতে থুদিংদা।
নংগী অশেংবা লম্পাক্তা, লোংদবা শায়েন হৌইদা।
মিশিংগী য়াইক খোমলাওদি, তম্লনা ফারি লায়েংদা।

# পুন্সি পাওজেল

পাল্লবস্থু পুন্সি পামেন্দা, হন্না অথৌবা থুংলাইনা;
অতৈংপা লৈতনা চাউরবদি, থম্মোই লাইজ-তশেংনা,
কংবা লৈতে কৈদৌঙৈ, হিংই মতম কুইনা।
প্রলয়গী শাফু লাকলস্থু, হন্বা লৈতে অথৌবনা।

হৌরি ওইজ-থাদোক লৈমাইদা, পুন্সি পামেন শিদবা।
থম্মোই শেংবা লম্বীদা, মশানা লাকই থৌবাংবা।
অপম্বা ঃ করি লৈতেদা, বিশ্বগী য়াইক হোৎনবা।
পুন্সিগী মঙাল পুন্নিদা, শাংলি ফিদম লৈ নিংথিবা।

ওইজ তাবগী ঈথিলনা, মাং-তাক্লে বিশ্বসে।
য়েক্লা কমাম্বাগী নচুনা, শিন-থুংনা চুশিল্লে তাইবংসে।
মশাগী অশেংবা শক্তিবু, পুথোক্লদে মকম থুদিংসে।
অশেংবা হুংশিবা অমৃত, থক্লদরে বিশ্ব পুম্বসে।

অশেংবা গুণবু তাইবংদা, করিগী পুথোকতনা মাজনি?
অশেংবা অচুম্বা যুম্ফমদা, করিগী থৌদাং পাংদনি?
অশেংবা থম্মোই ঈথিলবু, তাইবংনা করিগী য়াদনি?
অশেংবা থৌনা মঙালবু, কনানা মুথৎপা ঙমগনি?

অশেংবা অচুম্বাগী তম্পাক্তা, পুন্নমক লাক্‌না তিন্নি।
তাইবংগী মকম থুদিংদা, অশেংবা শকতি অমত্তুনি।
থম্মোইগী অশেংবা থোল্লাওদি, পুন্সিদা লেম্না মাংদবনি।
অশেংবা থৌনা পুথোক্লবদি, থবক শোইদনা পাংবনি।

# ঘিরবা খোঙ্গাং

ঘিরবা খোঙ্গাং ! নংনা, খোরকপি মকম খুদিংদগী ।
ভক্তনা ভাগি থাত্তৈয়, অশেংবা জ্ঞানগী পুক্সিদগী
নিংথিবা খুদম কংলি. পূম্বদা ভশেংনা ঈশ্বরদগী ।
নংবু তারবদা শুদ্ধংলি, থম্মোই পেত্তুনা মুংশুম্বদগী
অশেংবা কলাগী মঙালনা, পুক্সি য়াটক পুরকলি ।
মাম্নদবদা মান্নবা নিংথিবা, অমত্তা ওইনা থংহল্লি ।
অশেংবা বাথলনা ভাইবংদা, পুক্সি পাওজেল তাক্লি ।
মুমিংকী মঙাল কংলবদা, অমম্বা কিজং হাংলি ।
শেংনা পুক্লিং চংবগী, অখোইবা মতিক লৈল্লি ।
শেংনা অখোবাগী খুদিংদা, অশেংবা কিদম উল্লি ।
অশেংবা অচুম্বা পাখেনগী, থর্মোইদা মমি তাল্লি ।
শেংনা নোম্বাগী কাম্নবা, মতম খুদিং লৈল্লি ।
অশেংবা মুংভাইবগী মঙাল, অশেংবা অনিদা য়াওল্লি ।
অশেংবা মুংশিবগী খোঙ্গাং, জীব পুম্বনা য়ানল্লি ।
নাপল য়াপদবা থবক্তা, কনানা থিংবা লৈতল্লি ।
শেংনা থম্বাগী লম্বীদা, কিদম মঙাল কাওল্লি ।
নংগী শেংলবা খোংচত্তা, মান্নবা খুদম লৈল্লি ।
অশেংবা কজবা মঙংদা অমত্তগী খোঙ্গাং য়ৈল্লি ।
মাংদা শেংনা চংশিল্লগা, পম্বংদা শেংনা য়ৌল্লি ।
ইশংবু শেংনা থাজবদা, অশেংবা অচুম্বা উল্লি ।

# নংমক মতিক চাই।

হুংশিবা! মৈরে, নখুত্তা লন অশিংবা
নিপাখোকপনা পুক্নিদা, হৌই পামেন শিদবা।
তশেংবা প্রেমীগী লম্বীদা, মৈত্তে অখিংবা।
শেংলগা খম্মোই কংই, মহৈ অশেংবা।

পাম্লবদি বিশ্ব শান্তি, পুক্নিংদা তশেংনা,
খাদোক্লবদি নাপল-ঈখিল, তাইবংদা নহাক্না;
তেংবাং পক্কক য়ায়বদি, পুম্বদা তশেংনা,
থুংগনি পম্বুদো: চাওখৎপা, পামলিবা তশেংনা।

ইশাগী ওইজবা থাগনি, য়াইফনবা তাইবংগী।
হৈনিংবদি থাদোকলোই, পুকচেল শেংনা ইশাগী।
নিপাখোক্নি তাঘদা, অশেংবা জ্ঞান পুক্নিগী।
চানহবা পুরকনি, খোদাং পাংবদা ইশাগী।

করি কয়মদগী ইশাবু, হক্ননদি লৌগনি?
নাপলগী ঈপাক্তা চোংথক্লনা, কয়মু মাজনি?
অমম্বা চঙেৎনবদা করিগী মতম মাংজমগনি?
অশেংবা হুংত্তাইবা লক্কম, পুক্নিদা উৎকনি।

শেংনা হোৎনবদা মৈত্তে, খিংবিনবা পুক্নিদা।
শেংনা চংশিন্বনা ইথৌমি, পামজব পম্বুদো।
শোইদনা থবক পাজনি, বিশ্ব-শান্তি লম্বীদা।
খম্মোই খম্মোই তিন্নগনি, তশেংনা তাইবংদা।

## করিগী-চিন্তানো ?

চাওথং-লম্বী থিগী, শেংনা চংপদা,
প্রেম-লীলা অশেংবা, হরাওনা শান্নবদা,
করি চিন্তানো নংগী, খুদোংথিবা থেংনবদা ?
করিগী নিংঙ্গনো, অমৃত মহাও তংবদা ?
খুদোংথিবা খুদিং লাকলিবা, অকঙনি পুন্সিদা।
থাংলি লৈবাক লৈথানা, শাহু পুম্বা লাকপদা।
পুন্সি লম্বী চংপদা, হৈনিংনা চংশিনগনি পম্বুংদা।
থবক পাংই পুক্নিংগী, অশেংবা ঈথিল্দা।

পাংথৈ নাইদবা শক্তি, ইশাদা য়াওবি।
পুন্সিগী পান্নমদা, থজোহই শেংলগা য়োরি।
করি মরমগী ইশাবু, নমথাক তৌরি ?
নাপলগী পন্নোলনা, পম্নবা করিগী থারি ?

অশেংবা মুংচাইবা লীলা, করিগী লোংলি ?
মুপাথোকপা মচাল-থবক, করিগী থিংলি ?
তক্নবা লম্বী চংপদা, করিগী পন্নি ?
মুত্তবা থাওমৈ চুপ্পপমু, করিগী থামলি ?

থিগী য়াইক থবক, লোইদনা পাজবি।
নাংনবা পম্বীবু করিগী ইশানা ওইগনি ?
অতৈগী তম্পাক্তা করিগী 'কমছুনা' লৈগনি !
পোকপগী অশেংবা মরল' তাইবংদা' তারগনি ?

# থবক্তা লৈতে অৱাৱ৷

পুন্সিগী লম্বীদা কৱবা, অৱা-চৈথেংনৱগা চন্না ;
ওইদে নিংবা কাঙ্গৈনিংঙাই, মাইয়োক্নৱগা অশেংবা থৌনানা।
হৈনিংবাগী মথৌ ইশাগী, শংগনি হেন্না লৈতানা।
কিন্নরকসমু চীংঙাও এলয়গী, চংশিনগনি মাংদা তশেংনা।

শক্তি য়াওরি ইশাদা, ইশাগী শিঙ্খাংনবা তশেংনা।
খাংহূনা লৈগনি পুন্সিদা, ইথৌ পাঙ্গনি তশেংনা।
অত্তবাগী পন্নোল লানগনি, পাঙ্গনি থবক ইশানা।
পান্দম য়ৌনবা চংকসি, অশেংবা থৌনা পুখোক্তুনা।

থবক্তা অৱাবা লৈত্তেদো, থম্মোই শেংদবনা মাংবনি।
তাইবং ঈয়াং ঈথক্তা, করিগী ইশাবু মাংহনগনি ?
অশেংবা শক্তি লোৎলগা, করম্না থৌদাং পাঙ্গনি ?
তশেংনা থৌদাং পাংবদা, অশেংবা মুংঙাইবা ফংবনি।

নাপলগী থুংলাইনা ইশাবু মাংনবা করিগী হোৎনরি।
অশেংবা মুংঙাইবা লম্বীদা, করিগী ঈয়াং তৌরি ?
নশাগী অশেংবা গুণবু, করিগী লোৎভুনা কয়থরি ?
পুন্সি অশেংবা লনবু, করিগী নংনা তান্দরি ?

অশেংবা জ্ঞানগী ভুংনকম, করিগী নংনা ওইদরি ?
অপায়-কন্নক কাচিন্দা, করিগী লোম্তুনা লৈরি ?
হিন্দগী অশেংবা লনবু, করিগী মাংনবা হোৎনরি ?
নশাগী অশেংবা থৌদাংবু করিগী নংনা তৌদরি ?

## য়াইফ পাওজেল

হুংশিবা ! কচৈক লম্বী, য়াট্রগী শেংনা চৎপদা,
কল্লক-য়েক্লা ঈথিল্লি, নত্তে মক পুল্লিদা।
থবক ওম্বগী লৈরি, খুদম অশেংবা লম্বীদা।
খুদোংচাবতা য়েংগদবা নত্তে, পাংথোকনি থবক অচুম্বদা।

ভাল্লবা হুমিংকৌ মমাংদা, পাইরি লৈচিন কয়াদো,
চয়েৎনবা পুল্লিগী লম্বীদা, খুদোংথিবা কাংলুপ লাকইদো।
অমম্বা ওাক্তা লাক্কনি, করি চিংনৈ পুল্লিদো ?
অমম্বদা লৈচিনগী মমাংদা, লেংদনা হুমিংনা লৈরিদো।

য়াইক থবক লম্বীদা, লাকপা ওম্মী কনানা ?
থবক পাংবা মতমদা, কনানা লৈবগে তুমিন্না ?
শেমগৎপগী থবক কনানা য়াট্রদা তৌবগে তশেংনা ?
অশেংবা চাওথৎ লম্বীদা, কনানা চৎপগে অশেংনা ?
লম্ফাং লম্বীদা লেপকনি, হৌজিকমক বাকম তশেংনা।
খুদোংথিবা থেংনয়বদাম্ভু মহাক্লা, মাংদা চংশিবগে তশেংনা ?
থবকী খোংচত্তগী থংই, অশেংবা অচুম্বা পুম্বনা।
কনানা তাহল্লি খোল্লাও, অশেংবা অচুম্বা তশেংনা ?
করিগী চৎকনি ঐখোয়না, অশেংবা খৌনা লোত্তুনা ?
অশেংবা লম্বী থিবদা, করিগী লৈগনি তম্মুনা ?
মপানগী চাওথৎপা মরুমদা করিগী, লোৎকনি ঐখোয়বা ?
চাওথৎপা শোইদনা পুম্নকনি, লিচিং অমত্তা ওইহনা।

## চাওখৎ লক্ষ্মী

ইতা নংগী থৌনাগী, লাকনি ভুংইল্লা পুম্বনা।
অশেংবা থবক্তী ভয়দি, ভোতোম্মী তাইনংদা তশেংনা।
মকুত্রবা থাজবাগী মমাংদা, লাকলে খুদোংথিবা।
করিগী চিন্তা লৈগনি, নংগী মাইথোংদা হশেংনা?

অশেংবা চাওখৎ লক্ষ্মীদা, চিংনকম লৈতে থোইনা।
পান্নমকম য়োনবা চৎপদা, কদাইদা লাকই কয়ম্না?
মাংদা চংশিন্না লেপ্তে, থবক পাংনবা থৌনানা।
যা ভাংবতনদি ওইদে, থবক পাংনবা তশেংনা।

থৌনা ফুখোক্লবদি অশেংবা, থৌদাং পাপ্ত পুন্সিদা।
চাওখৎ পাযেন হৌরি, অবা-অনা লক্ষ্মীদা।
বিশ্বগী লন চংলকই, শেংনা পুক্কিং চংবদা।
অশেংবা থোয়াং তারি, অশেংবা প্রেমগী মন্দিরদা।

শেংনা থবক পাংলবদি, পুন্সি থৌশিল অয়েম্বনি।
অচুম-অমান খোংচৎতি, তাইবং লক্ষ্মীদা লৈবনি।
অশেংবা জ্ঞানগী পুঃকদা, লন থুদিং লৈরিবনি।
শেংনা অৱাবা থাংবদি, অশেংবা অচুম্বা কংবনি।

অশেংবা থৌনাগী থবক্তা, চিংনবা তাক্তা লৈফবনি।
কংচমত্রবা মপোকপু করিগী ঊয়াং ঊপাক্তা লংলে কনি?
শেংনা থম্লবা লম্লাক্তা, করিগী নশাবু মাংহল্লি?
তশেংনা নোংগী যুদ্ধমদা, ইশাবু করিগী কন্দনি?

# মৈচাক

মৈচাক! ফজবা মঙাল, নংগী ফংবদা,
লৈরিবা ভাইবং পংশেম, মায়াগী লৈচিন্দা,
শেংনা অথংবা লৈরিবনি, নাপল য়াওদবদা।
পুকৈ থম্নদি লৈরেদো, শেংনা খংলবদা।

চাক্লা চাক্লা লৈবনা, অশেংবা পুন্সিনি।
শেংনা তক্লতুনা চংশিনবনা, মুংঙাইবা ফংবনি।
অশেংবা থোনা লৈবসি, অৱাংপা লৈত্তবনি।
অশেংবা পুক্লিংগী ৱারেপনা, পম্বুংদা য়োবনি।

চাওথং য়াওল বিথ্বদা, নপান্দগী ওইবনি।
খম্মোই বনগী লৈশ্নেনা নংগী য়াইক চাওথংলিবনি।
ওশেংবা প্রেমগী খোংথাং, অশেংবা মঙালমক্কি।
শেংনা থোনা লৈবনা, ওইখোক্তবদগী ওইবনি।

নংবু লাকপা উরপা, কাঙ্কদে নিংবা।
অহুকস্থ হেন্না লৈমিংনা, কাওকদে চংশিন্বা।
থুদোংথিবা পুবা পুন্সিদা, নত্তেদো কক্তবা।
ইশাগী অশেংবা থোনাদি, নত্তেদো হনগদবা।

মতম থুদিংদা পুন্সিগী বাংতেদো খোংকমদি।
শেংনা চংশিবদা থোনাদি নত্তেদো হনগদবদি।
অশেংবা পুন্সিগী থাওরৈ, লৈত্তেদো মুৎপদি।
মৈচাক ফংবা মতমদা, লৈরোইদো পম্বুনদি।

## তঙাইফদবা

তঙাইফদবা ! নং লাকপগী, তাঞ্জা শেংনা ফংলবা,
চংপদা পুন্সি-লম্বী, ফুংদা হুম্বা লৈতবা,
অচুকম্ব হেম্না হৈনিংনা, মাংদা তম্বনা চংশিন্বা,
ফংই থনি শক্তিগী, থুদোংথিবা অৱাবা থেংনবা।

নংগী নপাম্না পুন্সিদা, অশেংবা ফংই হুংঙাইবা !
অৱাংপা লৈতৈ তাইবংদা, লৈরবদি থৌনা তশেংবা।
থল্লগা পাম্বৈ থোৱকই, হোংনরগা ফংই অপাম্বা।
শেংনা নোম্বা থবক্না, লেমজবা ফংই তশেংবা।

শক্তি য়াওরি মীওইবদা, করিগী লোংকনি তশেংবা ?
পম্বুংদা য়োই লেপনমক, করিগী থুংদনি অপাম্বা ?
পুন্সিগী অশেংবা লম্পাক্তা, করিগী কিগনি থুদোংথিবা,
নিংবা কাঙৈনিংঙাই ওইদে, অশেংবা শক্তি শিজিন্নবা।

নংগী ইজিং ফংলগা, ইথৌ পাঙনি তশেংবা।
ইশাগী অশেংবা শক্তিবু, অমাংবনি লোংতুনা থমলুবা।
করি মরমগী ওইদনি, শেংনা ইশাবু থাজবা ?
পুন্সি মঙাল থোৱকই, শেংনা থম্মোইদা লৈনবা।

তঙাইফদবা লাকপদি পুন্সিদা, পাওজেল পীবনি চাপথংনবা।
ইশাদা লোংলিবা মণি, পুথোক্নবা তাকপনি অশেংবা।
করিগী কিহুনা চেনগনি, ইশাদা করি বাংলিব ?
শেংনা অমত্তা ওইবদা, বিশ্বগী ফংই কান্নবা।

# মীচেন

হো মীচেন ! পাযেন, পুন্সিগী অখোইবা,
অশেংবা অমৃত, মহৈ পাল্লিবা ;
তুংওই নাটৈ, করিগী চেল্লিবা ?
মীওই মপোক্পা, করিনো পল্লিবা ?

য়াইফ-পম্বক্তা, পুন্সিগী অশেংবা ;
করিগী অমুক, নংনা তোল্লিবা ?
ঙাইহাক্কী মুংঙাইবন্তবু, করিগী তাল্লিবা ?
খোঁবাং লম্বীদা, করিগী তল্লিবা ?

চাওখৎ-পম্বুং, য়েনবা অশেংবা,
করি মরমদগী, অশেংনা হোৎনদবা
খোঁবাংনবা হোৎনবদা, করিগী ঙাইতমদবা ?
অচুক থুনদি, করিগী চেল্লিবা ?

করিগী তাক্কে, নগুণ চংখোম্বা ?
কান্নবরা য়াখল্ল, মচি য়াওদবা ?
পুন্সি-ফিদম, করিনা ওইরিবা ?
অশেংবা খোঁনানা, করিগী শেমদবা ?

নখোঁদগী নমাই, ওন্দুনা চেল্লিবা ?
শিদহে পাল্লিবা, নিংথিবা ফজবা ;
লেংদবা পাযেন, করমনা থাল্লিবা ?
অশেংবা কান্নবা, করমনা কংলিবা ?

# খোঁদোকপা

পুন্সি-চাওখৎ-লম্বীগী, নাকয়েন্তা হৌরি পামেল।
সংসারদা তক্লরি মশেল, চয়েৎনবা চাওখৎ বায়েল।
অবাংবা-চিংদোম্লগী চেম্বরকলি, নিংখিবা লাইজ ঈচেল।
অবা মুংঙাই য়াম্লনা, ফজহন্নি পুন্সি লম্বেল।

বিশ্বগী তশেংনা চাওখৎপদা, ইশাগী শরুক য়াওরিবনি।
অশেংবা পুন্সিগী ফিদমনা, তশেংবা য়াওনা লাকলিবা।
পুম্নমক্কী য়াইফ হোৎনবদা, পুকচেল শেংনা চংশিনবদনি।
চাওখৎ অশেংবা মঙাল, তাইবং থুংনা শন্নোকলিবনি।

ওহাক্কী ময়াই ঈথিল, উরি তাইবং পুম্বদা।
ঈশ্বরগী মঙাল ফংলি, মকম-মকম থুদিংদা।
অমকপা থুদম উরি, অকোইবা থাজগী মচুংদা।
অমকপা থুদম উদে, থাবলগী নিংখিবা মঙান্দা।

য়োংনা সনা ওল্লি, পারস মনিনা শোকপদা।
থবক পুম্বা পাঙ্গনি, অশেংবা মহৈ ফংলবদা।
করিগী মাংহনা লৈগনি, ইশাগীতা ওইজ তাম্বদা?
স্বর্গগী নিংথৌ, কোমুংস্থ, শারগনি শেঙ্লবদি নকমদা।

শেংনা অথাংকখগী মনাক্তা, লন থুদিং লাকইদো।
নিংহম্বনা মাংবনি তশেংনা, করিগী নিংবা কাইনিদো?
নশাদা শক্তি য়াওরিদো, করিগী নংনা কিগনিদো?
অবাংপা লৈতে হোৎনরবদা, করিগী নংনা চেনগন্লিদো?

## লম্লাম্বা নত্তে

বিশ্ব শান্তিগী লম্বীদা, চংশিল্লবদি মংনা শেংনা,
ইশাগী খোঁদাং পাংখোক্লবা, হোৎনরবদি অশেংবা লিচৎনা,
মুংশিং-শউম ফংবদা, হাইবগুম খোংনাং মনানা;
মকোক নোনগনি বিশ্ব·পুম্বনা, নকমদা মুংশি মিৎয়েংনা।

বিশ্ব পুম্ববু থম্বা ঙমগনি, নথুহুমদা তশেংনা।
লুমিংকী মঙাল ফংবদা, ঙালবগুম তাইবংদা নিংথিনা,
অখোইবা শক্তি খোরকই, পুক্নিং চংবদগী তশেংনা।
মুক্তিদা হোৎনবনা মরুনি, শেংনা ইথৌ পাংবনা।

ইশাগী অশেংবা গুণবু, লোৎকদবা নত্তে ইশানা।
অশেংবা অচুম্বনি খংলবদা, কিয়োইদবনি চংশিন্দা শেংনা।
শোইদে তশেংনা উরবদা, অমাংবনি নিংহন্দুনা চেনবনা।
কল্লক-য়েক্লা লাংদা, কায়দে পন্দুনা লৈবনা।

আশাগী মতোন পংদে, পুন্সির্দা হোৎনরবদি তশেংনা।
খোঁবাংবগী মচাক বাক্তে, ইশাবু থাজরবদি শেংনা।
পুন্সি-পান্দমদা য়োইদো, চংশিল্লবদি নিংহবা লৈতনা।
ইশাগী অশেংবা শক্তিদো, লৈরি পুম্বদা শিনথুংনা।

নাপল তৌবদি অরেম্বনি, তাইবং লম্বীদা তশেংনা।
বিশ্বগী অমাংবা ওইগনি, চয়েৎনবা লাংদা পথনা।
ইশাগী অশেংবা ইথৌনি, বিশ্বগী তশেংনা চাওখৎপনা।
তাইবংগী অবাবা কোকনি, অশেংবা প্রেমগী লীলানা।

## তাইবংবু কল্প

অতেমদা তাম্রবা মরা, নশাগী ঔথিন্না ;
মশাগী ওইজখিনবী, গুপ্নগী মুক্রবনা ;
বিশ্ববু মশিং তাংহল্লে, নংনা করম্বানা।
নশাবুস্থ মাংহল্লে, অরেম্বদা ঊরাংগী ময়াইনা।

অশেংবা পুক্নিগী কাম্রবা, কাওথোক্ক্নবা ককচাওনরে।
পংথৈব লৈতবা শক্তি, নশাগী থংদরে।
নপুক্লিংদা তশেংবা বাখল, নংনা থন্দরে।
নশাগী য়াইফ লম্বী, তশেংনা মাইথরে!

তেম্নবা পুক্নিগী মতমদা করিগী পোংলি ?
ফংডমন্নবা মপোক্কী মমল, করিগী লংশেঙ্কি ?
নশাগী অশেংবা কিদম, করিগী লোৎলি ?
নশাবু মমল লৈতে, করিগী উৎলি ?

তাইবং চৎনবী পল্লোল, শেংনা লাম্নগা,
শেংনা মাম্নবী লম্বীদা, নংনা লাক্লগা ;
বিশ্বনা অশেঙ্বা শান্তি, লেপ্পমক ফংলগা,
চিন্তাগী মকম লৈতে, শেংনা হোৎনব্রগা।

কল্প, সংসারবু, মাংলে গুপ্নগী ঊবাংতনা।
মকম ফজিদা বাস্তে, করিস্থ তশেংনা।
অসাবা লৈতে তাইবঙ্গ, হোৎনবফদি শেংনা।
চাত্থবংদা হুংজাইবা লৈত্রবনি, নপুক্তা তশেংনা।

# পুন্সিগী মুংঙাইবা

অহা-ভিংথংভনা সোশারবা, ভাইবং-লম্বীদা,
শেংনা পুক্রিং চংগনি, ভোগদবা ইথৌদা।
করিগুম্বা মতমদা, শেংনা হোংনবদা ;
অশেংবা থৌনা, ময়াওক্নি মীওইবদা।

অশেংবা মুংঙাইবা, কংই ভক্লবদা।
পনগদবা নত্তেদো, চিংনক্লবগী লাংদা।
ভাইবং-পল্লোল, লানগনি থৌবাংবদা।
শেংনা চাওথংলি, থম্‌থোইগী লম্বীদা।

নিপাথোকপা নম্বী, শেংনা চংপদা,
থুক্কবা লৈত্তেদো, নিংঙমদ লাংদা।
শান্তি কংই, অশেংবা লম্বীদা।
থৌনা‌না পাংথোকই, থবক পুন্সিদা।

করিগী চেনগনি, অরাবা থেংনবদা ?
অরা-অনা লৈত্তে, শেংনা হোংনবদা।
থোরকলবা মুমিংপু কনানমু থামদেদা।
অশেংবা থম্মোইগী, থবক্তি মাংদেদা।

শুপ্নগী থৌবাংবভনা, মুংঙাইবা নত্তেদা।
থৌবাংবমু থম্মোইদা, মুংঙাইবা পোকইদা।
মুংশিথোইবীগী মোমোন, মীনোক্সদা মুংঙাইভেদা,
অশাওবা মিৎয়েংদমু, পুক্নিংদা মুংঙাইদা।

# বিশ্ব-বন্ধু

বিশ্ব-বন্ধু ! তাইবংদা, করি থবক পাংথোকে ;
করম্বা অশেংবা শক্তি নংনা থশেংনা পুথোকে ;
পুন্সিগী অশেংবা অচুম্বা করম্না শেংনা তাকে ;
লাকপনো নংনা তাইবংগী, অম্বা অনা কোকথোকে ?

করিগী থিদবনো, থাদোকপগী অশেংবা মমল ?
করিগী থাবনো, ওইজবা তাম্বগী শম্বল ?
করিগী লোৎপনো, নশাগী অশেংবা বাথল ?
করিগী পুথোক্কে, থম্মোইগী থাজগী থাবল ?

নশাগী অশেংবা মনিবু, করিগী পুথোক্কে ?
অশেংবা থোনাগী থোদাং, করিগী পাংথোক্কে ?
তশেংনা পেনবগী লম্বী, করিগী লাক্কে ?
অশেংদা প্রেমগী মাইকৈদা, করিগী তাক্কে ?

থোবাংবনা মরু ওইবনি, করিগী উক্তে ?
তশেংনা হোৎনরবদা অম্বাৎপা, করিসু লৈতে ?
অশেংবা নগুণ তাইবংদা, লোৎকদবা নত্তে ।
নিঙমদবা লম্বীদা চৎপা, করিগী তোক্কে ?

পংথৈ নাইদবা জ্ঞান সমুদ্র, নশাদা য়াওরি ।
বিশ্ব য়াইফবগী থাওমৈ, করিগী থাম্দরি ?
অশেংবা মুংশি লম্বীদা, করিগী চৎত্তরি ?
অমত্তা ওইবা বিশ্ববু, করিগী থুগাইরি ?

# করি লোৎলি

বিশ্ব-বন্ধু! করিগী লোৎলি, নশাগী অথোইবা শক্তিবু?
করিগী লংশেকলি পুন্সিদা, অশেংবা প্রেম-লীলাবু?
করিগী পংহল্লি নংনা, থম্মোই তাগী মতোনবু?
তাইবং ঈরাং মরাইদা, করিগী মাংহল্লি নপুন্সিবু?

বিশ্বগী অশেংবা লম্বীদা মতম থুদিং চংশিনবদা,
কনানা থিংগনি হায়রু, নংগী মুংশি লম্বেন্দা?
করিগী চংশিল্লি নংনা, শুপগী ওইজ মিৎয়েংদা?
করিগী ফংলোই মুংঙাইবা, থম্মোই শেংনা শান্নবদা?

করিগী থোরকলোই মঙাল, অশেংবা জ্ঞানগী তাইবঙদা?
করিগী ফংলোই য়োৗবা, তাইবং পরোল বাংমদা?
করিগী ফংলোই অশেংবা, থিরবদি পুক্নিং পুথ্রিদা?
নশাগনি অশেংবা ফিদম, করিগী তাক্তে তাইবংদা?

করিগী চিংনবনো পুন্সিগী, অশেংবা লন তাষদা?
কংজমত্রবা মপোকপু করিগী য়োম্থোকলি ঈরাং কৈথেন্দা?
অশেংবা অচুম্ববু নাথৈরগা, করিগী পোংলি পুক্নিংদা?
অশেংবা থোৗনা লৈরবদি, করিগী ভস্মবি পুন্সিদা?

নশাগী অশেংবা লন্দি, তাইবং কাচিন্দা লোৎলি।
নাপ্লন মথোই কারুগা, চেগাই মুচেৎ থুললি।
অশেংবা অচুম্বাগী লম্বীদগী, ননিং তেক্না চেল্লি।
মমল য়াম্নবা নপুন্সিবু, অঙ্গেম্বদা নংনা মাংহল্লি।

# অয়ুক

অশেংবা মুপাখোকপা মতৌ নংনা, পুরহুনা থোরক্লি তাইবংদা
লেংদবা অচুম্বগী মতিক তাক্লি মাইকৈ থুদিংদা।
থোংচৎ নাইবা পুন্সিগী, উংলি মঙাল মিংয়েংদা।
থবক তৌরবদি চাওথক্তে, পুক্লিংনা পাম্বা মফমদা।

মচে লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা, অচিকপা দৃশ্য ওইংবা;
উরবস্তু তম্বীর থোংচৎ, পুন্সিগী লৈথাদা লুরবা,
তাকই নংনা তাইবংদা চাওথৎপাগী থুদম অশেংবা।
পাইখৎলক্লি পুন্সি অতিয়াদা, নোংলৈ মুংশিং অকম্বা।

যাথলগী মতিক লৈহুনস্থ, পুন্সিগী ফজবা ফম্পাক্তা।
থবক্লা মকোক থোংই, অশেংবা তাইবংগী অচুম্বা লম্পাক্তা
শেংনা নোম্বাগী শন্দোকই, মঙাল মাইকৈ থুদিংমক্তা।
তশেংনা মুংশিম্ব হনা পুন্সিগী অথোইবা মিংথৈনি মাইয়োক্তা

অশেংবা অথোবাগী মাতক, পুন্সিদা হম্বা নত্তে।
অশেংবা থোমগী লম্বীবু, থিংবা তাইবংদা ওইথোক্তে
অশেংবা শক্তিগী মাইয়োক্তা, লৌতুনবা কাম্বা লৈতে
তশেংবা প্রেমগী লম্বী, করিগুম্বদা থম্বা লৈত্তে।

অবাবা থাংবা কিবনা, ইশাগী পুন্সি মাংহল্লি।
অশেংবা অচুম্বাগী থোংচৎ পুন্সি মাঙোম্দা চৎলি।
ঈশ্বরগী অশেংবা মগুণ, মফম থুদিংদা তাক্লি।
অশেংবা থবকী মচু, বিশ্ব-পূম্বদা চুশিল্লি।

# করিগী লোৎলি থোৌনা

রাষ্ট্র বন্দু ! অশেংবা পুন্সিগী, হৈনিংবা লম্বী চৎপদা,
পংথৈ নাথদ-শক্তি ফংই, অশেংবা থম্মোইনা থিবদা।
বিশ্ব-পুম্বা তাইরি নংবু, তশেং-তশেংবা পাম্বদা।
থবক মশানা পাংবনি, পুন্নিং শেংনা মোম্বদা।

পুথোক্ত্রবদি অশেংবা থৌনা, অমাংবা ওইরে পুন্সিদা।
নাপল পুন্সি মাংবনি, তৌগদবা ইথো তৌবদা।
অশেংবা থৌনাঙ্গ মাওরি, নিংথিবা নংগী নশাদা।
করিগী লোৎলি থৌনা, ফজবা তাইবং লম্বীদা ?

থেম্না মিৎয়েং য়েংহনা, তাইবং করিগী মাংহন্বা ?
অথোইবা নংগী নগুম্, করিগী মাংনবা হোৎনবা ?
পংথৈ নাইদ চুংতাই থাদোক্লগা, করিগী ওহাকী-চুংতাইবা পান্নিবা
শেংদবা লম্বীদা চৎলগা, করিগী নংনা পোৎলিবা ?

শেংদবা লম্বী চৎপদগী, করি কাম্নে অশেংবা ?
মকমশিদা লাক্লগা নংনা, করি পুথোকই অথোইবা ?
অমরগী চুংতাইবা শাইগোন্দা, করিগী হ পাম্বী থাদ্রিবা ?
চুংতন্নবা নংগী মপোকপু, করি মরমগী মাংহন্বা ?

নশাগী অশেংবা থৌনা, পুথোকপা করিগী পামদবা ?
বিশ্বগী রাইজ লম্বীদা, করিগী নংমো চৎতবা ?
নশাগী শিক্লবা ওইজবা, লাংতক্লা করিগী থিরিবা
থম্মোইগী অশেংবা চুংতাইবা, করিগী নংনা তাম্রিবা ?

# পুন্সি

পুন্সি! নংগী মাংদা, শক্তি পুন্নমক তুকখরি।
তাইবং খুংগেম পুম্বা, ওম্না ওম্না চৎনরি।
খুদোংথিবা কয়া লাক্লবস্থু, নংগী নতিক্তি হুম্বদরি।
অশি-অনা কয়া মরকতা, নংগী খোংচত্তি হোংদরি।

বিজয় কংলবদা মুংঙাইনা, অথৌবা শিপাইনা তুম্মী।
অইং অশানা তাইবংদা, মশাগী মওং তাক্লম্মী।
মুমিৎনা খোক্লপা নিংথিনা, মশাগী মতিক খংহল্লম্মী।
মতম খুদিংদা নংতদি, নথৌ তৌজনা কৈরম্মী।

কাঙ্গনা পিয়াং তম্বনা শিন্থরবস্থু, তিন্নবা মতম লাকই।
লৈশ্রেনা তুম্না চাকবস্থু, নৌহৌনা হৌরকপা উই।
তাইবংগী লম্বীদা তম্বনা অতনবা খোংচৎ ফংই।
নংগী চিংলেম্বা মতৌদি, মতম খুদিংদা নোকই।

নংগী ফজবা কিদমগী, ঐসে তুংইঙ্গবা ওমজগেকো।
লাকলিবা অবাবা মুংঙাইবা, তম্বনা থাংজুনা থৌবাংজগেকে
অহুগী মরমদা তশেংনা, লৈরিবা পুম্বা থাংজগেকো।
ইশাগী ইথৌ তশেংনা, পাংথোকপা ওম্বা ওইজগেকো।

মী অহুনা মুন্না, নংগী কিদম্ব খংলবদা,
বিশ্বগী সম্পত্তি পুম্বা, লাক্নুনা তিন্নি মফমদা।
মতম খুদিং হৈয়াং-লৈয়াং, শাংলি পুন্সি পাযেন্দা।
নাপন্দি অয়েম্বনি তাকলি, নিংথিবা তাইবং লম্বীদা।

# নাপল

নাপল ! পুন্সিগী ঈচেন্দা নংনা, লদুকয়া হ য়ানশিন্নি।
পুন্সিংগী নিংথিজবা থাজবু, য়াম্ব ওইহনা উমশিন্নি।
পুন্সিগী মনি-মন্দিরবু, মরুফংনা তাইবংদা ঋংহন্নি।
কিদম চিংদোন্দা তম্লকলিবাবু, অয়েম্বদা নংনা তোকহন্নি।

পুন্সিগী কজবা ময়োম্, তমথিরা শামুগুম্না মেৎথৎলি।
পুন্সি ঈপাক্তা ফিরোইবু, নোংলৈ-মুংশিং ওইহনা লুপহন্নি।
অশেংবা প্রেমবু ওইহনা, মতমগী লিল চিকলি।
কজব থুৎশেম্, ওইরহনা, তমথিবা গ্রহ মাংহন্নি।

অশেংবা চাওখৎপা পাম্নবদি, নংবুদি থাদোকপা তাই।
চয়েৎনবা তাইবং-লম্বীদা, নংগা লোইনবদগী মাংই।
পুন্সি-আশাগী কজবা লৈকোনশিং, নং য়াওবদগী কংই।
অশেংবা থৌবাংবাগী মুক্ষদ, নংতনা মাংহবা ওই।

পুন্সিগী থৌবাং-লম্বীদা, ঐনা নংবু তশেংনা থাদোকচগে।
অশেংবা মুংতাইবাগী ফম্পাক্তা, অশেংবা লীলা শান্নজগে।
থম্মোই-থম্মোই তপেংনা, ফিম্নবা লম্বীদা চৎচগে।
পুন্সিগী থুদোং-থিরাবশিং, থেংনরগা তশেংনা থৌবাংজগে।

ইশাগী অশেংবা শক্তি, তশেংনা কাওনবা ওইজগে।
বিশ্বগী অশেংবা শান্তি, থম্বদা শেংনা থৌবাংলগা লৈজগে।
অশেংবা থম্মোইগী থোম্নাওগী, তুংইবা ঙম্বা ওইজগে।
অশেংবা প্রেমগী মহাও, তস্তুনা কংহনা লৈজগে।

# তুমিন লৈবা

তুমিন লৈবা ! পংথৈ নাইদে, নংগী শুনগী তাইবংদা।
অশেংবা পুকনিংনা চংলবদি, য়েৌবা শুম্মী পিস্লুংদা।
মীওইবনা মাংত্রবা লন, তশেংনা কংই পুক্লিদা।
ওইথোক্কবা লৈতে থবক, অশেংবা থোৗনাগী লম্বীদা।

নত্তেং লৌহুনা খাংলবদি, কংই শিদয়াই শুমাংদা,
য়েক্নবাগী খুংলাই তাখিগনি, মথন্তা মেপ্পগক লৈমাইদা,
ঈশ্বরগী মশক উন্নিবনি, তাইবং হকচাং থুদিংদা।
অশেংবা হৈনিংবগী পাম্বৈনা, থবক পাংথোকই তাইবংদা

জ্ঞানগী মতাল কাওরকই, শেংনা হোংনরগা ইথোদা।
নাপল তৌবনা অমাংবনি, তাইবং চাওখৎ লম্বীদা।
অশেংবা থৌনা লোৎপনা, য়েৌঙমদে অশেংবা পান্নমদা।
অশেংবা মুংঙাইবা কংই, থম্মোই শেংনা হোংনবদা।

পুন্সি খনি বাক্তে, মকম-মতম থুদিংদা।
মুংশি ঈশৈ তারি, বিশ্বগী মমুং-মপান্দা।
তশেংনা কান্নবা কংই, শুগাক্নী ওইজবা থাদোকপদা।
থবক পাংথোকপা য়াওরে, অশেংবা হৈনিংবা ঈচেন্দা।

অশেংবা মুংঙাইবগী ঈশৈদি, থম্বা লৈতে তাইবংদা।
অশেংবা মুংশিবাগী ঈচেন্দি, থিংবা শুমদে থুদিংদা।
অশেংবা থম্মোইগী থৌল্লাওনা, মথোইবা ওইরি বিশ্বদ
পুন্সিগী অশেংবা মওং, তাকপনা মরুনি পুম্বদা।

# অৱাৎপা

অশেংবা পুন্সিগী ঈচেল, চেন্থরি মতম থুদিং।
মনাক্তা অৱাৎপা লৈতে, কয়িগুম্বদা মকর থুদিং।
নাপলগী লৈচিন্না নংগী, অয়েম্বদা ভোই চাদিং।
অশেংবা হৈনিংবাগী মতোন্দি, পংদবনি মতম থুদিং।

চিন্তাগী দরকার লৈতে, পুন্সিগী থবক মকমদা।
নোম্বাগী অথৌবা থুংলাইদুনা, মতম্বাগী পল য়ানখাইবদা।
পুন্সিগী মনি কংই, চিংনবগী কিজং হাইদোকপদা।
অৱাংপগী তেংথাংথোল লেপ্পী, মুংঙাই ঈথক হৌবদা।

লাইরবা কোকই পুন্সিগী, লাইবককবা লাকই থুদক্তা।
নাপলনা গুণবু মাংহল্লি, চংশিন্নদি পুন্সি লম্পাক্তা।
চংশিন্নবা ইথৌদা ভশেংনা, লাক্লিবা খুদোংথিবগী মায়োক্তা
শেংনা অৱাবা কংলগা, শিদয়াই পুথোক্লনি থুদকতা।

ইশাগী পুন্সি পুল্লিদা, কৈদৌঙৈ লৈতে অৱাৎপা।
লৈরিবা লম্বী থুদিংদা, ভশেংনা শীগনি চাওথংপা।
থবক মহৈ য়ানগনি, থম্মোই শেংনা তৌরকপা।
লাকইদো পুন্সিদা নিঙমদবা, পুক্লিং শেংদনা তৌরকপা।

পুন্সি ঈপাক্তা নৈবদগী, য়াইফ অমৃত কংই।
শেংদবগী অমম্বা অভিয়াদা, অশেংবা মঙাল কাওই,
তাইবংগী অৱাৎপা লম্পাকৃতা, ৱাত্তবগী ঈচাও লাকই।
মকম মতম থুদিংদা, চাওথং তত্তনা কংই।

# পুন্সিগী হৈনিংবা

ইতা ! পুন্সি-লম্বী লাকপদ', হৌনশ' ওইবা খুদোংথিবশিং
হমা হন্না শংলকপদা, মাং-তাকপগী অকিবা মখোঙশিং,
থম্মোই অত্তিয়াদা পাইরকপা অবাবগী অমুবা লৈচিলশিং,
তাইবংগী কুপ্পবা লম্বীদা য়েৌশিকপা অঙ্গবা মতাংশিং।
করিগী য়েংলি নংনা, ঐবু অশাওবা মিংয়েংনা ?
করিগী চেল্লি নখোয়দগী, ঐবু কাওথোক্লগা তশেংনা ?
অশেংবা লম্বী থাথোক্লগা, কদাইদা চৎকনি হৈনিংবা ?
করি ওইগনি পুন্সিগী, নংগী চৎলিবা লিচৎনা ?
অশেংবা প্রেমগী লম্বীদা, থাংদা চৎলিব্রা ইখৌনি।
পুন্সিগী মপুকাবা ইথৌ, ইশানা তশেংনা পাংথোক্নি।
অশেংবা থৌদাং পাংথোক্লগা, পুন্সি পান্দম ফংগনি।
অশেংবা অপেম্বা ফংবনা, ইশাগী পান্দম ওইবনি।
কজরা তাইবংদা লাক্লগা, নিংবা কাঙ্গদবা নত্তে।
মতাম লৈবা মরমদা, অমম্বা লাকনা লৈতে।
অশেংবা ওয়াংনগী মখাংদা, নাপলগী মতিক লৈতে।
অশেংবা অঙোবগী মাইয়োক্তা, অপম্বা লৈরদব' নত্তে।
ওয়াক্তী মথাই ঈপাক্তা, পুন্সি মাংহনগদবা নত্তে।
শোংদনা লম্বী চৎলগা নিংঙ্কদবা লাকখোইদবা নত্তে।
পুন্সিং শেংনা তাবদা, কংখোইদবা করিস্থ লৈদ্রে।
অশেংবা হৈনিংবা লৈরবদা, ওইথোক্কবা করিস্থ লৈদ্রে।

# মহাশক্তি

হে মহাশক্তি ! ঐনা নখুয়াখাদা, খুরুমজরি থম্‌মোই শেংনা ।
অশেংবা ভক্তি লৈবাং কৎচরিষ্টকোক নোম্না ।
বিশ্ব য়াইফ থবকপু, পাংথোকচগে মপুং ফিংনা ।
অচৌবা শক্তি পীনবিয়ু, থৌবাংবা ঙমজগে তশেংনা ।
নংগী থৌজান্দগী তশেংবা, পোক্লসনু ঈচৌ শান্তিগী ।
লৈরসনু অশেংবা থোনা, থম্‌মোইদা থৌজম্বা থুদিংগী ।
অশেংবা জ্ঞান মঙাল, কাওরসনু অশেংবা অচুম্বাগী ।
মফম থুদিং হৌরসনু, ঈথক অশেংবা মুংঙাইবাগী ।
অতম্বা পামেল ফুক্তোক্লগা, থৌবাংবা পামেল হৌরসনু ।
অশেংবা তৈনিংবা মঙাল, বিশ্ব পুম্বদা শন্দোকসনু ।
অশেংবা মুংশিবগী মুংশিং মফম থুদংদা পিংলকসনু ।
শেংনা তেংত্থানবাগী ঈচেল, ভাইবং শিন্দুংবা চেল্লসনু ।

হে ইমা ! নংগী বরদগী, থৌবাংবা তশেংনা ওইরসনু ।
বাঙাং অসিমু নথৌজান্নবী, তশেংনা পাংথোকপা ঙমসনু ।
নংগী চাম্বি লৈবা মিংথেংজগী নবাইগী নাপান্দ লৈত্রসনু ।
পুবচেল শেংবাগী পাকসনু, ইশাদা অশেংবা লাক্লসনু ।
তপগী ওইজভাম্বা ঈখিল, বিশ্ব পুম্বদা তশেংনা লৈত্রসনু ।
অশেংবা পুক্নিং নোংলৈ মুংশিং, থুদিংদা শিন্দুংনা থিংলসনু ।
অহৎপা মক ফুকলগা, অবাং অপা ভাইমংদা লৈত্রসনু ।
ওইথোক্তবা থরক করিগুম্বদা, পুন্সিগী মফমদা লৈত্রসনু ।

## থাওৈম

থাওৈম ! নংনা মঙাল, মকত্রব ফজবা পুয়ক্লগা ;
থম্মোইমুংদা চাকপা মৈচাক, শেংনা নংগী উৎথোবত্রগা,
নশাগী নথোগী লম্বীদা,; গুপ্নগী চিন্তা লৈরগা,
কান্নবা পীরি পুক্নিগী, ফজবা লম্বী তান্নগা।

মশাগী ওইজবা তাম্বা, নংনা মীওইবদা করেম্নগা,
মথোয়গী অয়েম্বা নাপলবু, মরু কংনা ; মাংহন্নগা,
বিশ্ব য়াইফবগী তম্বীরি, পান্না নথম্মোই পেংলগা।
নশাগী ওইজবদি থীদে, অতোপ্পদা নংনা পীথোক্লগা।

নংনা শেংনা তাকইদো, মসি চাপথৎপগী মরুনি।
অকাণবা লৈত্তনা নিংশিংহুনা, মতম খুদিং লৈগদবনি।
অতোপপাগী য়াইফনবা লন, অয়েম্বা উকুল ওইদবনি।
শেংনা চৈনাথোল কংলবদি, শিদবা পুন্সি ওইবনি।

অসুক ফজবা পান্নাদি, নংনা কনাদগী তমলে ?
নংগী মুংশিথোইবাগী মপাওঅসিদা নিংথিনা য়েকলে।
অশেংবা মুংঙাইবাগী মঙাল, ফজনা ইমাংদা তাললে।
ইশাগী পইজবা থিবগী, শাফুদগী তাইবুংবা কপলে।

অথোইবা অমৃতগী মহাওবু, নংনা নিংথিনা কোংদোন্নে
পোত্থাবনা নত্তে পুক্নিদা, চাওথৎপদি মৈচাক্না ফংলে।
অতোপপদগী নত্তে, ইশাদগী, অশেংবা আনন্দি ফংলে।
শেংনা হোৎনবনা পুক্নিদা লন পুম্বা লাকলে।

# পাংথোক্তবা

পাংথোক্তবা ! চয়েংনবা থবকী. লুরবা খোংচং লম্বীদা ;
মথৌদা পুক্নিং চংবা মীগী, পুক্নিগী হেনগৎলকপা ঈচেল্দা
কল্লবা আশাগী লৈরাংশিং, থল্লা শাংলবা লৈকোল্দা ;
নংগী মতাং লাকপদি, অকবা ওইরিবনি ,তাইবংদা।

পাংথোক তবা থবক ইশাগী, উরগা থবক মক্মদা,
চিন্তাগী তাঞ্জা লাকপদি, নিপাথোকপা মীগী লৈকমদা ;
খোইনা হৈনিংবা পীবনি, য়ৌনবা পাংথোক-পান্দমদা।
খুদোংথিবা অপম্বা লাকপদি, অহাওবা চিঞ্জাকনি মকমদা।

পম্বা ঈশিং চেথৈ, থিংলম্বা পল নিংথাইরবদা।
অরোৎপা শক্তি থোরকই, শেংনা হৈনিংবগী তুংইন্দা।
পাংথোকতবা থবক পাংথোকই, থম্মোই শেংনা হোৎনরবদা।
কাওমদবা পোৎ লৈতে, অবধা পল্লোল লাল্লবদা।

পাংথোকতবনি লাইবক কবনি হশেংনা, অথৌবা নিপাগী।
নিংবা কাঈহুনা হনকদে চাপথৎ লম্বী চৎপদা।
চাওথংপগী পুগৈ থল্লি, চয়েংনবা পাংথোকতবা লাকপদা।
অশেংবা জ্ঞানগী মতোন, পংবা লৈতেদো তাইবংদা।

শাল্লগনি চন্নাও মথোই কানা, অকবা পুক্নি শাল্লপোৎ।
পাংথোকতবা মশাঙ্কা পুগনি, কিদম-পুক্নি লানপোৎ।
পাংথোকতবা থবক্কা ওইরিবনি, অশেংবা থৌনাগী মপোৎ।
পুক্নিগী মতিক পুথোক্লবা থুংলৈ খুদোংথিবা খুদোনপোৎ।

# থাদোকপা

থাদোকপা ! নংগী গুণগী, পাংথৈ লৈতে তাইবংদা।
অশেংবা জ্ঞানগী তোঙান্না থাইদে করিগুম্বা মতমদা।
অশেংবা শক্তি লাকই, নংগী অশেংবা ফিবমদা।
লন পুম্নমক ভিরৈ, অশেংবা প্রেম-মকমদা।

অশেংবা নত্তেং লৌত্রবদি, মুংঙাইবা কংদে পুক্নিংদা।
অশেংবা জ্ঞানমু কংঙমদে, নংগী নত্তেং য়াওত্রবদা।
অবাংপা করিমু লৈত্তে, অশেংবা থৌমীগী পুক্নিদা
লেংদবা অচুম্বা ওইদে, তাইবং ঈয়াং ফুংইন্দা।

অচুবদা চুমদবা য়াওরি, চুমদবদমু অচুম্বা য়াওরি।
নংগী অশেংবা খোংচত্তা, অযাং-অতা নাইদবা ওইরি।
লক্ষ্মীগী লনথৈ শক্লোক্না, মকম খুদিংদা লৈরি।
শেংত্রবদি থবক ওইদে, তাইবং ঈয়াংতনদি কান্নদরি।

অপাম্বা, অপাওবা, নাপল, মীহৌবা লনথুম কয়াম্বা;
শেংনা থাদোকপগী ঈথিন্না, ওইরি কিদম কক্কবা।
যাংদা শেংনা চংশিন্নতনা, অন্মী খৌবাংবা নিংথিবা।
নত্তেং অশেংনা ফংলবদা, পুক্নি খৌবাংই অচুম্বা।

নিংবা কাইনিংঙাই ওইদে, অশেংবা থম্মোইগী খৌশিং
অখোইবা লনমু ফংইদো, নিংহৌবা লৈতনা হোৎনবদা।
চিংনুবগী অয়াবা লৈহৌদো, নত্তেং লৌহুনা চংশিন্নদা।
অশেংবা মুংঙাইবা ফংইদো, অশেংবা লম্বী চৎপদা।

# অতোপপগী ফজনবা তৌবা

নঙোন্দগী কায়বদি তাইবংদা, পংথৈ নাইদে তশেংবা ।
অকিবা তাইবং ঈচৈল্লক্তা, লননি নংনা অথোইবা ।
নত্তেং লৌবদগী পুক্লিদা, জ্ঞান ফংই অশেংবা ।
নিংবা কাঈহুনা হল্লোইদবনি, পুন্নকপদা য়াওল য়াইকবা ।

শেংনা থম্না শন্দোকলি, মাংত্রবা লম অথোইবা ।
নত্তেং লৌত্রবদি তাইবংদা, অয়েঙ্বনি খুদিং হোংনবা ।
অশেংবা লম্বী চৎপদা, ফংই ফিদম কঞ্জবা ।
ওইজবা থাদোকপদা তশেংনা, লাকই মঙাল অশেংবা ।

অশেংবা থবক তৌবনা, শিদবা মিংথৈ ফংইদো ।
অশেংবা থম্মোইগী খোল্লাওনা, থবক পাংবা ওমইদো ।
খুদোংথিবা অক্লবা ঈপাক্তা, পুন্সি মপি লোংলিদো ।
তজ্ঞনা হোংনবা মীশক্তা, অচুম্বা মশক থংইদো ।

তশেংবা মঙাল লম্বীবু শেংদবা ফিরোলনা কুপলিদো ।
অত্তোপ্পা য়াইফনবা পামেল্লা, অমৃত মহৈ পাল্লিদো ।
মশাবু শেংনা থাজবনা, পুক্লিদা লেমজবা জংইদো ।
শেংনা নিপাথোকপগী খোম্বাংদি, মংদা মাংদা চংশিল্লিদো ।

নংগী অশেংবা নগুণদি, শিংথাঙম্বা অমুক লৈত্তেদো ।
তাইবং ঈপাকী ঈরোম্মুংদি, মমথৈ লৈত্তনা লুপ্লিদো ।
অথোইবা শক্তিগী ঈচেল্দি, খকম থুমিংদা চৌঙ্লিদো ।
অতোপপগী য়াইফনবা তৌবাগী, মিংথৈদি তত্তনা শোয়েদো ।

# মীওইবা

মীওইবা ! ওহাকী ওইজখিবা, পিক্লবা পম্লোল লাক্লগা ;
অমাং অতা লৈত্রবা লন, ফংবা ওম্মী চংশিন্নগা ।
মকম মাংহৃগী মহম্বা, তাইবং-লাংলোন খাদোক্লগা,
পুন্সি থৌদাং পাংওম্মী, অতবা পাম্লোল লাম্থোক্লগা ।

য়োরোইদবা লৈতে পন্থুংদা, শেংনা মাংদা চংশিন্নগা ।
অথোইবা শক্তি ফংই, থম্মোই শেংনা হোৎনয়গা ।
অরুবা লৈতে তাইবংদা, থৌবাংওমমী শেংনা থাংলগা ।
অশেংবা থৌনাদগী পাংথোকই, অচুম্বা মশক থংলগা ।

অশেংবা প্রেমীগী পুন্সিদি, মরৈ য়াম্লি তাইবংদা ।
লন পুম্বা লাকইদো, শেংনা নোম্বাগী মফমদা ।
শেংনা খবক হোৎনবনা, থৌবাংবা ওম্মী পুন্সিদা ।
ইশাগী অশেংবা শক্তিবু, করিগী মাংহনগনি অরেম্বদা ?

শেংনা তানশিম্বা লনগৈনি, মাংবা লৈতে তাইবংদা ।
করিগী নশাবু মাংহল্লি, শেংনা তাযগী তাজ্ঞাদা ?
থম্মোই শেংনা তিন্নবনা, মুংতাইবা ফংই পুক্নিংদা ।
নিংওমদনা করিগী হয়নো, পুন্সিগী অথোইবা মতমদা ?

অমনা অমম্থু কহয়না, তাইবংগী অফবা থোংখাংনি ।
থংনা থংনা করিগী, ইশাবু মাংহন্নবা হোৎনগনি ?
অশেংবা থৌনা পুথোক্লগা, করিগী পোৎলুম পুগনি ?
শেংনা বাথল তৌরগা, পুন্সিগী থৌদাং পাংথোকনি ।

# তকশিল্লা

তকশিল্লা ! চয়েৎনবা সংসারদা, থবক পাংনবা হোৎনবা,
পুন্সি থুদোংথিবা ঈপাক-থক্তা, থোং শারগা নিংথিবা ;
লাইনা লাম্লি তিংলগা, থম্মোই য়োংলি ফজবা।
থৌজম কিরাল পাইহল্লি, বিশ্ব-পুম্বদা চংথোম্বা।

পুন্সি কিসি থোকপদা, নাপল তৌবনা মাংবনি।
অপাম্বা শরুক তাম্বদা, অহেম্বা ভাব থাদোকনি।
অশেংবা অথৌবগী মগুণনা, অশেংবা সুংজাইবা কংবনি।
শেংনা থৌজম্বাগী থম্মোইদা, কাম্নবা নাপল লৈতবনি।
ইশাদা য়াওরিবা শক্তিবু, শেংনা তাইবংদা পুথোকনি।
শেংনা নোম্বাগী কম্পাক্তা, লন পুম্বা তুংলবনি।
তাইবং লম্পাক্তা লাকলগা, নিংবা কাইদুনা হল্লোইদবনি।
শেংলবা পুন্সি-মাঙোল্লা, ইশাবু নমথাক তৌয়োইদবনি।
ইশাতগী ওইজ তাম্বগী, ঈথিন্ম' থুতম চলহল্লোইদবনি।
লম্বীদা অপম্বা লাকপদা, শেংনা তকশিল্লা তোল্লোইদবনি।
ইথৌ পাংনবা হোৎনবদা, অথাং কম্বা ওশেংনা লোইনগদবনি।
ইশাবু শেংনা থাজবনা, পুন্সিগী অথোইবা লনগৈগেনি।

তমথিবা তাইবং নোংমৈ হুংশিংলক্তা, শেংবা তকশিল্লগা,
ইশাগী শক্তি তাম্বদা, শেংনা হোৎনবা তোক্কোইদবনি।
শেংনা থম্মোইদা তকলগা, অশেংবা জ্ঞান ফংগদবনি।
থৌবাংবা মণি তাম্বদা, অশেংবা শক্তি লোৎকোইদবনি।

# কুন্দালৈ

কুন্দালৈ ! নংনা নশাগী, অশেংবা কিদমনা,
ঈশ্বরগী-নিংথিবা মপাও, তমলদুনা কজনা ;
অশেংবা জ্ঞানগী তাকলি, মশক অশেংনা ।
পুন্নমকী পুক্নিংবু চিংশিল্লি, তাইদংদা নিংথিনা ।

খভাবনা চিক্না যেংলবা, ইঙ্গিং তৌরদুনা ;
অচৌকপা দৃশ্য উৎলি, তপ্না থংহললদুনা ।
মকম খুদিংদা তাদ্রোইরি, কোংদোকতুনা ঈশ্বরনা
পুক্নিং চংবগী মতিক তাকলি, ইথৌদা তশেংনা ।

খোংথাং-খোংথাং খুদিংদা, অপথা ৈলরবস্থ ;
থবাইগী য়েকুনবাশিংনা, ইশাবু তত্তুনা কোইশিললবস্থ
নোংচৈল-হুংশিং অকথা, খুদোংথিবগী লাক্লবস্থ
হেন্না হৈনিংনা যাংদা, চংশিনগনি অমুকস্থ ।

ঈশ্বরগী মকমদা অন্নাংপা, করিন্থ লৈতে ।
মহাকী থুংশেমগী যাইয়োক্তা, কনাস্থ লৈতে ।
নাপল কাবাগী পুক্সিদা, অশেং মহৈ লোক্কে ।
অশেংবা মঙালগী মথাংদা অমম্বা লৈতে ।

করিগুম্বা মঙং ওইরবস্থ, পুক্সিগী লম্বীদা ;
প্রনমগী অরোইবা মতম, লাক্লবস্থ যাংদা ;
মহৈ য়াম্মি পুক্সিগী, অশেংবা পান্থেন্দা,
মতম খুদিং হৈনিংই, অশেংবা পুকনিংদা ।

# মমি

মমি ! অশেংবা মরুপকী, ময়েক লাবা মশক তাক্লগা,
পুন্সিদা থোরকই নংসে, অশেংবা মওং উৎলগা ।
প্রলয়গী শাফু লাকলবস্তু, মশাগী লোইনবী থাদোকলগা ;
লেংদনা লৈরি তশেংনা, অথৌবা মওং থংহল্লগা ।

নংনা তাকলি পুন্সিদা, নাপলগী মরকায় লৈতে।
অশেংবা পুন্সিগী মমল, করিগুম্বদা মাংবা লৈতে ।
লাক্লবস্তু অওন-পুক্তা কয়া, নংগী লিচত্তি মকৃতে।
ঈশ্বরগী শকতি করিগুম্বদা, অমুক অশোইবা লৈতে ।

অমুবা মচুদস্তু মশাগী, অশেংবা ফিদম লৈজে ।
জীবাত্মা পরত্মাগা অমত্তনি, মশানা অতুম শেংজৈ ।
শেংদবদা অমম্বা শরুক, মশানা অতুম লৈজৈ ।
শেংনা হোৎনবা মীওইনা, অশেংবা জ্ঞান কংজৈ ।

অশেংবা প্রেমগী মহাওদি, তাইবংগী মহাওশিংদগী হেন্নি ।
ঈরাং ঈথিলগী ওমথৈদগী, অশেংবা প্রেমীনা হেজিন্নি ।
চয়েৎনবা তাইবং লাংনাক্তাগী, অশেংব অথৌবমা চংশিন্নি ।
থম্মোই থম্মোই শেংনবনা, অশেংবা হুংন্তাইবা কংলি ।

চাশিন্নবা লীচৎ শেংন্নবদি, শেংনা থৌবাংবা ওমদবনি ।
থম্মোই শেংনা হোৎনবনা, অপম্বা করিস্তু লৈতবনি ।
অশেংবা জ্ঞান কংলবদা, করিস্তু চিংনকম লৈতবনি ।
শেংবা নাপল থাদোক্লগা, অশেংবা জ্ঞান কংবনি ।

## পুন্সি মশক তাকপা

পুন্সি মশক তাকপা ! পোকপা শিবগী লম্বীদা,
অচুম্বা মশক তশেংনা, লৈরিবনি চুমদবগী মথুংদা।
তাইবং ঈপাক লানথমদে, অশেংবা নত্তনা পুন্সিদা।
ওইথোকতবা থবক লৈতে, অশেংবা অথৌবাগী মফমদা।

য়েক্ল ভিংথং য়ুথনি. পুন্সি লম্বী চৎপদা।
আশাগী লৈরাংস্থ থুইথেদো, মতমগী তিম্না চিকপদা।
মখল মখলগী মচু লৈচিন, পাইরি পুন্সিগী অতিয়াদা।
অরা থুদোংথিবগী নোংলৈ-নুংশিৎ, তত্তনা কুলিল্লকই লম্বীদা।

অমুকন্থ হেন্না হৈনিংনা, চংশিনগদবনি শেংনা পাম্নমদা।
য়াওবা গুণ শকতি অমত্তনি লাইবংগী মীওই থুদিংদা।
শেংনা হোৎনবা হোৎনদবগী খেন্নবা লাকপনি পুন্সিদা।
লোংওৎপনা পুন্সিগী মশক্লি, অশেংবা মতম থুদিংদা।

নিংবা কাইকম থোকতে পুন্সিগী অশেংবা লমদা।
অশেংবদি অমাংবা লৈতে; অফ-ফত্তা পুম্বদা।
থবক পাংদবগী মরুদি লৈব্রবনি থম্মোই শেংদবদা।
অশেংবা মহৈ লৈরিবনি, চৎনবী পল য়ানথাইদ্দা।

শেংনা হোৎনবদা নিংহম্নবদি অশেংবা থৌওং নত্তে।
শেংনা ইথৌ তৌবদা কিহ্নুনা হনকম থোকতে।
কয়িওঙ্বা মতমদা নশাগী কিদম কাওকম থোকতে।
থম্মোই শেংলবদি তাইবংদা, কনাবুস্থ কিগদবা নত্তে।

# খুদোং খিবা

খুদোংখিবা ! পুন্সিদা নংনা, শক্তি পুখোক্নবা পাঙৈনি।
হৌবোপাংবগী পাওজেল পীবা, ডাইবং য়াইক খৌশিন্নি।
চুমদবদা অচুম্বা উৎপা, পুন্সিগী অথুম্বা মিঠাঙৈনি।
মকত্রবা মঙাল ভশেংনা, পুম্বদা শিহথুংনা লৈরিবনি।
নংনা লাকত্রবদি পুন্সিদা, চাওখৎপগী মমল লৈতে।
অশেংবা শক্তিগী খোংথাংদি, করিগুম্বদা নিংহনবা লৈতে।
পুন্সিগী খোদাং পাংবদা, খুদোংখিবা কিনিঙাই লৈতে।
হয়াও হয়াও চংশিন্নগা, নিংবা কাঙ্গৈগদবা নত্তে।

য়াইক থবানমিচাক খোয়কট, পুন্সিগী অশেংবা অভিয়াদা।
অবাংপা করিসু লৈতেদো, অচৌবা শক্তি ভাখদা।
খম্নোট শেংদবনা মাংবনি, পামজবা থবক ভৌবদা।
চিংনবগী মকম লৈতেদো, শেংনা নিপা খোকপদা।

খৌবাংবগী অশেংবা শক্তি, মুপাদা য়াওরে অশেংবা।
চাওখৎপগী অশেংবা মঙাল, হৌরকট খম্নোটদগী অশেংবা।
মপুংকাদবা মপুং ফানবা শক্তি, ইশাদা লৈরে ভশোবা।
খৌবাংবগী লম্বীদা মকনি, ভশেংনা অথাং কবা।
ভাইবং ঙৈপাক বাংবা, লাম্নুনা মাংদা চংশিঘদা,
নিংবা কাঙ্গৈহনা অমুক, হনগদবা নত্তে পুন্সিদা।
পুম্নমক কংহুনা লৈগনি, নাপল শেংনা খাদোকপদা।
ইশাবু শেংনা থাজগনি, অশেংবা মুংভাইবা ভাখদা।

## পুন্সি লক্ষ্মী চংপা

পুন্সি-লক্ষ্মী চংপা ! নংগী মক্ষীদা, নোংলৈ নুংশিং অকিবা,
নাপল চৈথেং ফুজিন্নক্লবসু, অপাম্বা, অশাওবা, করাম্বা,
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা, অরাবা পম্হেং য়োরবা,
চংশিন্নবনা নথৌনি মাংদা, অমুকসু হেন্না হৈনিংবা।
তাইবং ইপাক্তা হৌগংলকই, তাবকী ঈথক কয়া।
পুন্সি অতিয়াদা পাইখংলকই, অশাওবগী নোংলৈ-নুংশিং কয়া।
উনা উনা মুংখি, আশাগী থাওমৈ কয়া।
নংদি তত্তনা চংশিন্নি, তংখ্রবসু ঈচেল কয়া।

ওইখ্রবতা থীদবা খোঙস্বাগী, মথুক্তা লন তুংই।
অশেংবা খৌনা লৈবদগী, অশেংবা জ্ঞান লাকই।
অশেংবা খৌনা য়াওদবগী, লৈমাইদা কুম কাংই।
শেংনা নথৌ তৌবনা, অরা. অনা থাংই।

নুংশি মিংয়েং ফংবদা, অশাওবগী মৈরি মুংলি।
অহিং-নুংথিল থাইদনা, তত্তনা খোংথাং থাংলি।
মৈ-ঈশিং, অইং-অশা, তোঙাম্বা লৈয়ি মুংলি।
নংগী অশেংবা লিচত্তা, পুন্সি মহৈ য়াম্লি।

ব্রহ্মদগী খোরকপা তাইবংশিদা, ব্রহ্ম শিন্নুংনা লৈরি।
নংগী ফজবা কিদমনা, তাইবংগী য়াইফবা ওইরি।
থম্মোইগী অশেংবা লক্ষ্মীদি, খুদিংদা অমত্তা ওইরি।
তাইবং পুম্বনা নংগী, লমন তোন্দুনা লৈনরি।

# অশেংবা

নংগী মত্তেং লৌরগা, চুম্বা চৎপা লম্বীদা,
অপম্বা লৈতে ভাইবংদা, থোবাংবা ভম্মী পুক্নিদা।
মাংদা শেংনা চংশিল্লগা, য়োরোইদবা লৈতে পাম্দা।
ভশেংবা থৌনা পুখোকপনা, য়াইফবা ওই লাঞ্চদা।

কল্লক য়েক্লবগী লম্বীদা, চৎপনদি নিংভমরক্তে নোংমদি।
শেংনা পুক্নিং লুপ্পনা, শিদয়াই কংই ভাইবংদি।
অহাংবব্রু কাবা ভমজিন্তৈ, কাবা ভমদে নংবুদি।
মক্কম মতম থুদিংদা, শিনবা থুংই ঈশ্বরদি।

অশেংবগী লৈয়্যিদি শুপ্পগী, অমত্তা ওইতুনা লৈবনি।
অশেংবগী মমাংদা অশেংবগী, অকম্বা লালস্থ লেপকনি।
অশেংবগী ঈচেলবু ভাইবংদা, কনানা খিংবা ভমদবনি,
পুক্নিদা মফি ভারবস্থ, মশাবুদি ঈশিং পক্কবনি।

থম্মোই শেংলবদি পুক্নিদা, অমাংবা করিস্থ লৈতেদো।
নাপল ঈথিল লোইনবনা, থৌনা শেংনা লৈতেদো।
অশেংবা শক্তিগী পংথৈদি, ভাইবংনা লেপ্পা ভমদেদো।
ভাইবং য়াংবী থকসিদা, অশেংবা লন্দি মাংদেদো।

মাংজ্রবা মত্তিক লাকইদো, অশেংবা শিক্ষা কংবদা।
শেংনা অহাবা থাংবনা, মঙাল কাওই পুক্নিংদা।
অশেংবা হৈনিংবনা মক্লনি, পুন্সি লম্বী চৎপদা।
অশেংবা মুংভাইবা কংইদো, প্রেমগী লীলা শাম্বদা।

# পুন্সি থৌদাং

পুন্সি থৌদাং ! নংগী গুন্দি, তাইবংদা পাংথৈ লৈতে।
মতম থুদিং অশেংবদি, কয়িগুম্বদা হুম্বা লৈতে।
পুকচেল শেংলবদি তাইবংদা, তোঙাম্বা কয়িস্থু লৈতে।
অশেংবা জ্ঞানগী লম্বীদা নিংবা কাঙ্গকম লৈতে।

তাইবংদা লৈঙ্গনস্থু ঈরাংদা, তশেংনা পকশিন্দবনা অথোইবনি,
চয়েংনবা তাইবং লম্বীদা, অশেংবা থৌনা পুথোকদবনি।
শেংনা হোৎনবগী যুক্ষমদা, কনানস্থু অপম্ব পীদবনি।
অশেংবা জ্ঞানগী মকমদা, অথিংবা অমুক লৈতবনি।

তাইবংগী কল্লকপা য়েল্লবা, অপাম্বা কয়াম্বা লৈরবস্থু;
পুন্সিগী নোংলৈ-মুংশিংকী, অকম্বা শাফুনা ফুজিল্লবস্থু।
চয়েংনবা চক্রনা মাইয়োক্তা, হল্লা হল্লা লৈশিল্লবস্থু,
অপম্বা লৈতে তাইবংদা, প্রেলয়গী লৈমিনা চাকথংলক্লরস্থু।

য়াওলগী লৈমেনা চাল্লবস্থু, পুন্সি বন শিন্থুংনা,
আশাগী অপোম্বা লৈমাংশিংবু, চিকথংলবস্থু মতমগী তিন্না,
মুংশি পুন্সি লাইজদা, যহকম্বা হ·য়াল্লবস্থু শিন্থুংনা,
পুন্সি থৌদাং থোংথাংদি লেপ্তে, চংশিন্বদা নিংহন্দুনা।

অশেংবা গুণগী মণ্ডালি, কয়িগুদা মুংপা লৈতে।
শেংলবদা চয়েংনবা কিশি, থোকপগী তাঙ্গা য়াস্তে।
থস্মোই শেংবা হোৎনরবদা, শক্তিগী অরাংপা লৈতে।
থস্মোই শেংবা থৌমীগী, থবক মংলোইদবা নস্তে।

# পুন্সি-লান

তমথীবা লাম্দারকইবা পুন্সিদা, তশেংবা য়েক্লবা নত্তে।
চাওখৎ চিংদোন কাবদা, নিংবা কাঈপদবা নত্তে।
অথোইবা শক্তি তাবদা, নিংহল্লুনা চেমপদবা নত্তে।
অশেংবা প্রেমগী লিচত্তা, কনাগুম্বনা চেল্লকপদবা নত্তে।

পুন্সিদা থিরকলিবা লমবু, কংলগা খুয়োকদবা নত্তে।
অশেংবা পুন্সি লৈরাংবু, ঈরাংদা মাংহনবদবা নত্তে।
অতৈবগী শাজংনা পুন্সিবু, অরেম্বদা লংখোকদবা নত্তে।
ইশাবু নমথাক তৌদুনা, অশেংবু থাদোকদবা নত্তে।

অশেংবা জ্ঞানগী মঙাল, পুন্সিদা অশেংনা উংকদবনি।
ইশাবু শেংনা থাজবনা, পুন্সি-থৌদাং পাংথোকদবনি।
অশেংবা সুংশিবগী লীলানা, অশেংবা হুংঙাইবা কংলদবনি।
করম্বা অশাওবা মীহৌবগী, তশেংনা কিশিবু থোক্কদবনি।

বিশ্ব-শান্তিগী মঙাল, মকম থুদিং শন্দোকদবনি।
থবক পুদিং ইশানা, পুন্সিদা তশেংনা পাংথোকদবনি।
ইশাগী অশেংবা থৌনা, ঈরাং ঈথিনা লোংজোইদবনি।
নাপলগী শাফুনা পুন্সিবু, অরেম্বদা থায়োনা মাংহল্লোইদবনি।

অথোইবা অশেংবা অভিযাদা; ঈশ্বরগী মঙাল থোক্কনি।
ইশাগীতা ওইরবা বিরূপা, থৌবাংশবা হাইকন থোকহনি।
শেংনা তকশিবা থাদোকলগা, তাইবংদা থৌবাংবা কাওথোক্লি।
তশেংবা থৌবাং লবীদা, নাপলনা অমম্বা ওইহনি।

## পুন্সি

পুন্সি লোংলবনী ফিরম, মংনা উংলগা,
খোংচৎনাইবা পুন্সিগী চিন্তা, খোইমা তৌরগা,
আশাগী লাইজ মংনা, অতোপ্পদা শীখোক্লগা,
মতম থূদিং লৈরিদো, মপুন্সি চংলগা।

নংনা অতোপ্পদা, লান অতুক তৌবগী।
বাখল তৌদে মপুন্সিদা, তশেংনা নশাগী।
নত্তোন্দা তত্তনা ওংলৈ, লোংনা মোংমগী।
কন্দিসু চিন্তা লৈতে, নশানা অতুগী।

নশাগী লাইজ কংখিবগী, বাখলসু তৌদে।
নিত্তাইদবগী পাঁয় তম্বীরগা, নশাদা ফোংদে।
তৌরবা লাকদবা লৈখিবা, কন্দিসু তোঙ্গনো।
পুন্সিগী অথুপ্পা মথোল, মংনা লোংশিন্দে।

অপাম্বা অশাওবা কপ্পাম্বা, নাপল ঊখিল,
অরেম্বদি ওইজবা তাবগী, খিংজিবা পল।
অশেংবা গুণ তানশিন্ব, অথোইবনি লল।
খিদমদি নশাগী শক্তিনা শেমজবা মচল।

ঈশ্বরগী থুংশেমদা কন্দিসু, অকাংপা লৈতে।
থুদোংথিবা লাঙ্গকন্থ, নিংবা কাইগদবা নত্তে।
শেংনা 'অথংবগী থাক্তা, খেন্নবা লৈতে।
ইশাগী খিদম হোংবগী, হান্নবা লৈতে।

## অহুমঙাইরে

ইতা ইকাইবনা করিনো, অকিবনা কদাইনো তাইবংদ',
পুন্নমক থাদোকখুনা তশেংনা, চংজরকই ঐদি নকমদা।
অহুমঙাইরে হায়বগুনা লাইশোল, গুইরি ঐগী পুক্নিদা।
হন্না কাওথোকপিরবসু ঐবু হন্না লৈজে পুক্নিংদা।
অবাবা কয়া থেংবনা, থোঙ্গি কয়া তাবসে;
ঐগীদি অমৃতনি অশেংবা, চাক্লা চাক্লা থাংবসে।
চৈথেং হন্না ফংলবসু, নথোং পায়তুনা হায়জবসে,
অমুকসু শেংনা মুংশিজৈ, তমথিবা মিংয়েংনা য়েংবসে।

য়েক্লবা লৈজদে নকমদা, নংবু মুংশিজবনা ইথৌনি।
মকম মতম থুদিংদা, পিরাং তজনা শিক্লবনি।
লৈর-লৈর থাংজমদা, প্রেময় মৈনা চাকপনি।
নিংবা কায়বা লৈজদে, নংগী পেমদে ঐগীনি।

মুংশি লম্বী চংপদা, করিগী কিজুনা হনগনি?
অরা-তিংথঙ লম্বীদো, ঐগীদি মু:ঙাইবা কমুংনি।
কনাবু অমুক নিংগনি, নংবু নিংজবনা ইথৌনি।
চাথিরবসু চাথিজবসু মুংশিজৈ, কনাদা করি হায়গনি?

নংদি লৈহুনা চেথোকই, ঐঙেম্না অহু লৈজদে।
পখেং-য়েনা মুংশিবদি পুক্নিংদা, চিন্দা হায়দোকপা ঙমজদে।
ঐগী থম্মোইগী মৈচাকসে, নংনা কজিসু থাংবিদে।
নংনা ঈরাংদা লৈথোকই, ঐদি অদোমদা লৈজদে।

# করি কাম্নৈ তশেংনা ?

ইতা ! অশেংবা লম্বীদি, পুন্‌সিগী নাথৈরগা,
হৈনবদি চরাংনবা ঈরাংদা, ঈথিল কররগা।
অশেংবা খোৌনাদি লাংদা, চয়েংনহুনা লৌশিন্নগা,
করি কাম্নৈ তশেংনা, তাইবংদা লাক্লগা ?

করিগী লোংলি খোৌনা, তশেংনা থম্বদে ?
অশেংবা অচুম্বনা করিনো, য়ুম্না য়েংশিন্দে ?
পুনসিগী খোৌদাং তশেংনা, পাংথোক্কে হোংনদে।
অশেংবা লিচংবী মশক, শেংনা থিজিন্দে।

মশাগী অশেংবা শক্তিবু, ঈরাংহুংদা লোংলগা.
করি চাওথংলি তশেংনা, অহৈ শাবা খোহ্নক্লগা ?
তশেংনা পেম্বা ঈরাংদা, নশাবু মাংহন্নগা ?
করি থিদম তাকলি, হশেংববু লংশেক্লগা ?

করিগী নিংতাই তৌরি নশাবুদি থাজদনা ?
পুনসিগী তশেংবা খোৌদাং, শেংনদি পাথোক্কনা,
করিগী চেন্নি চংনবী, চৈথেং কিহুনা ?
করিগী হন্নি, অশেংবা মশক তাক্লমদনা ?

লিচংহুনা চাওথংকনি, তশেংনা কয়ম্বা মতমদা ?
কয়া কুইনা লৈখিগনি, লাক্লগা তাইবংদা ?
মতম্ব, করিগী খোওইদে, জাংলবা পুনসিদা ?
হজিল হজিল করিগী, চংলি ঈরাংদা ?

# চেন্নিবনো কদায়দা?

ইতা! অশেংবা অচুম্বাগী মতাম নপুক্কি-ফিজংদা,
অমুবা লৈচিল্লকুগী কাউরকপা, থাজ মতমগুম কাওরবদা;
অশেংবা মুংশি পাওজেল, অমুক্তগুম নংনা ফংলবদা,
পুন্সি-ম্রাইক লম্বীদগী. নিংচন্দুনা চেন্নিবনো কদায়দা?
নশাবু নমথাক তৌরগা, করিগী চোংশিল্লি ঈরাংদা?
পুন্সিগী অশেংবা অচুম্বা, করিগী থিজিন্দে নপুক্লংদা?
নশাগী অশেংবা খোনা, লৈতবগুম মিপাইরি নশাদা!
পুন্সিগী মমি করিগী, লংশেকলি মিচৌলাং থিবদা?
খোবাংবা শুম্ম তশেংনা, থম্মোই শেংনা চোংনরবদা।
নিংচম্বনা শুপ্নগী শোইবনি, খোবাং পনথুং তাম্বদা।
ঈরাংগী অয়ংবা কোজোল্লি তাকথিগনি মতম তাইহাক্তদা।
অশেংবা মুংশিবগী মহাওদি, পুম্নংকুগী হেল্লি তাইবংদা।
নংগী অশেংবা মুংঙাইবতবু, পামজবনি পুন্সিদা ঐনা।
নংগী শেংনা চাওথংনবা, ঐনা হোংনবে তশেংনা।
মকম মতম থুদিংদা, নংতুবুনি উরিবনি শেংনা
নশুংলাংগী ইকাই-ইকি, থারবনি পুম্নমক ঐনা।
অশেংবা মুংশি মৈচাকপু, মতৌ করম্না কোংদোক্নি?
তাইবং চংনবি পল্লোম, বাংমা লাম্না চাকজিবনি।
ঐগী থম্মোই মৈচাকসে, নংগী থম্মোইতনা থংগনি।
লোংপা ম্রাবোই মৈচাকসে, তাইবং কাওনা চাকনি।

# পাওদম

ইতা! অচৎ-চম্বা খুদিংদা, অতোৎ-অথম লৈতমা,
চাবা-থকপা তুম্বা নাইদনা, থিজবা খজবনি এনা
চোকথবা লৈতনা হোৎনজহুনা য়েংতবনি কৎলবদি নংগুম্বা শেংনা।
পুক্নিংগী নোমজবা মহৈ য়াম্রে, পামজদবে অমুক হন্না।
শেংনা চংশিন্নগা য়োইদো, নংগু কংগনি থিখদা কান্নবা।
থম্মোইগী অশেংবা থোন্নাউনা অথোইবনি তাইবংদা অহৌ লৈতবা।
পঙ্খ্রং কিন্নাল মথানা থেৎলগা, কংবনি অশেংগা কুংতাইবা।
তশেংবনি লান্নবদা তাইবং পন্নোল, অবাবা লৈতে করিগুম্বা।

লাৎচরি থম্মোইগী অশেংবা মন্দিরদ', নংগী হুংশি শংতবু।
অশেংবা মন্দির খুগাইহুনা, মুন্নবা মন্তিক নত্তে নংবু।
কৎচরেকো নকমদা থম্মোই খুদোল, হুংশিদৈ এনা নংতবু।
থোংজাও-চৈথেং কংলবদু চংজরি, থাহুনা ইকাই ইকিবু।

নাংথকী লাইজনা চোইজাইদা, ত্রানবদু অকুৎপা মকমদা চেম্বগুম,
থাওমন্ত্রবা অনাবনা মথাগী অনাবা কোন্নবা লম্বী থিবগুম,
তাইবং জীবনা অবা-ঈপাক, লানজবা চৎনা পেনজবগুম,
নকমদা চংজবদা পেন্নবে, থোইনা অমৃত মহাও কংবগুম।

এমী থম্মোইগী অশেংবা পাওদম, তমজরি নত্তোন্দা তশেংনা।
অশেংবা থম্মোইগী লম্বী চৎপদা, করি চিংনবগে তশেংনা।
থম্মোইগী অশেংবা শক্তিবু, নংনা করিগী তোৎপগে তশেংনা?
নংতগী শেংনা চাওথৎপবু এমী, পঙ্খ্রং থইজগে তশেংনা।

## নুংশি-মৈচাক

ইভা। নঙোন্দগী হৌরকপা, পংথৈদে নুংশি মৈচাক।
তাইবং শিন্থুংনা চাকদৈ, ঙ্রুং-ঙ্রুং চোংনা শেংনমক।
মৈকন পাদৈ কয়ানা, কনঙমদে চোংনজৈ য়ৌনমক।
মতম খুদিং মকৈদ্রি, চাকপা অহোইননা অমুক।

অঙম অথৌ অথং অহৈ কয়াদা, হংজকই ঐনা তশেংনা।
করি নুংগীনো তৌরিবা অসে, অহিং নুংথিল কুম্বা কাদেন থাক্তনা;
কোক্লবদি মৈচাক পেনজগনি, লাম্লৈ পোথাবা দৈভনা।
কোকইখিরবদি মপোক খুদিং; ননাই ওইজগে ঐনা।

তাকপিরকপা পাদৈশিংদে ওইথরে, মৈরিদা চাকপা তৌরা মকোনগুম,
অমুকন্থু অহোই অহৈোইনহুম, চাক্লে প্রলয়গী শক্তমগুম।
শিরংগে লাকপা লাইনাদি, শিরুগা কোকই নাদবগুম।
নঙোন্দগী হৌরকপা মৈচাক্তি, শিরি তুংকাও চাকই অহোইনহুম,

চান্নথৌ পাওদমশিংগে কয়ম্না, থম্মোইদা চাকলিবা ইথচাকসে।
থম্মোইগী অশেংবা মৈচাক্তি, অশেংবা থম্মোইভনা থংইদে।
নংবা চাখিরবন্থু চাখিদরন্থু, নকমদা তশেংনা চংজরকৈসে,
তাইবংগী মকম খুদিংদা, শিন্থুংনা উরি নহাকদৈ।

হৌরককম, চাক্লকম, মুংনকম, তিরকম খুদিংন্থু নহাক্লি,
করি অমুক থাকচদরে পুক্তিসে নকমদা কংচরবিনি,
ইকাই ইকি অবাং অপাংদা, ঐনা করিগুম্থু চিংনবা থবজইবনি।
লীনবিরো অশেংবো প্রেম, থিশ্বগী য়াইকনথা হায়রবনি।

# মোইরাং খোইবী

মোইরাং খোইবী ! সংসারদা, লাক্লগা অশেংবা অচুম্বসু, নংনা,
চয়েংনবা থবক্কী লম্বীদা, কংনবা চংশিন্নি অশেংনা।
অপম্বা কম্বা খোংনচুনসু, থাংই থম্মোই শেংনা।
নশাগী অপাম্বা তাবদা, খেনিংবা থাদোক্কে অশেংনা।

অশেংবা অচুম্বা থংই, নংনা পুন্সিদা কংনবা।
নাপনগী ঈথিল অয়েম্বনি, লৈগনি থবক্কা অকাইবা।
পুক্নিং শেংদবদি লৈগনি, খোংথাং খোংথাংদা অপম্বা।
অশেংবমা কংই ঈশ্বর, কংলবসু তত্তনা খুদোংথিবা।
শায়রি কিদমগী লীলা নংগী শক্লোয়া অথোইবা।
খুদোংথিবা কয়ানা কোইশিন্নি, কংনকমদা জ্ঞান অশেংবা।
থাইহাকী মিৎয়েং অরেম্বনি: তাবদা অশেংবা মুংথাইবা।
মিনাই শিনকম লোইদো, চংবদা পম্মুং ম্নোনবা।

তাইবং মৈরি মুংলিদো, লৈরবদ্রি অশেংবা ছৈমিংবা।
অশেংবা পুন্সি ঈপাক্কা, হৌদে ঈথক চয়েংনবা।
অশেংবা তাইবং কম্পাক্কা লৈতে মিংচং অথিবা।
ছুংশি লৈরক চংপদা, চংনবী লম্বী অঙাংবা

প্রকৃতি পুরুষ, তোংতান্দ, তাকলি, অমত্তনি তশেংবা।
নংনা উংলি লম্বী তাইবংদা, কজবা লীলা নিংথিবা।
লীলাগী খুংশেমদা তোঙাম্নবসু তাইবং মিৎয়েং নিংথীবা;
অয়োইবা মতমদা তিন্নথি, জীব-ব্রহ্ম তাঙান্নাবা।

# বিশ্ব-প্রেমী

বিশ্ব-প্রেমী ! হৃদেংমা থাদোকপগী, থুম্বা থোম্বাংনা নশাগী ;
পাংবৈ নাইদনা লৈনিংবগী, মশক ওইদ্রি পুন্সিগী।
থোংথাং থোংথাং নংগী, লৈচাক শক্তোকলি থম্মোইগী।
বিশ্ববু পুন্নি মংনা, থৌরিনা নাপল য়াওদবগী।

তাইবংদা ওইজবা থাদোকপগী, অকম্বা ঊখিনগী পাইম্বনা,
তম্বনা পিথকই বিশ্ববু, প্রেমগী অমৃত নংনা।
কল্লক মীহৌ লাংদা, থুমবা জীবশিংবু হম্না ;
পুন্সি চাওথং লম্বীদা, চংশিল্লগা ফাকপি শেংনা।

অশেংবা লন পুন্সিগী, তাইবংনা যাংহল্লি অরেম্বদা।
লুপশিন্নি অহিং-মুংথিল, ওহাকী ঊনাংগী মম্নাইদা।
পোকপগী মমল কাওথোক্লে, থাম্বরে নিঙমদ য়াংবীদা।
থাম্নবা তাইবংবু নংনা পুথিরক্লি অশেংবা লম্বীদা।

তৌবিমল থংনবা তাইবংনা অবা চৈথেং পিরকই।
পুন্সিগী নথৌদাং কাওথোক্লগা, ইম্নাং চিঙাক চাই।
নংগী মাংনবা মখোম্বনা, হম্না হম্না তৌরকই।
নংগী ধর্ম্মদি থাম্লোক্লে, মুথোয়বু কননা লাইরেংই।